অকোঙ্বা— অইবা [ওয়মক অইবগী]

কপি— ১০০০

নবেম্বর ১৯৮২

ফংকম— ইম্ফালগী লাইরিক য়োনবা দুকানশিং

লিলা অসি শাম্নবীগে হায়রবদি অইবদা অমুক্তং উম্নবীনবা নিংশিংজরি।

মুদ্রণ— গোংনাংথাবা প্রেস, খুরাই লম্লোং কৈথেল, ইম্ফাল

# শক্রম

নুপা— ১। নিংথৌ
২। চিংথুবা
৩। খোংলেন
৪। নোংথোনবা
৫। থম্বা
৬। কৈরোইজাম্বা
৭। নোংবান
৮। শৌরা
৯। মুবা
১০। থুরোনলাকপা
১১। থাঙ্গবাকপা
১২। থত্রাকপা
১৩। মাইজহমবা
১৪। তুমুরাকপা
১৫। শলাংনিংথৌ
১৬। শংজিংবা
১৭। নিংথৌ শেনবা
১৮। ১-বা খোঙলোই
১৯। ২-বা খোঙলোই

নুপী— ১। থমন্থ
২। খোইবী
৩। শেন্থ।

# লৈরাংজম্বা

থওনিঙ ইনিংবদা লাঙতক্নমবা
মন' থম্মোঙ্গী লকাহুংদা
লমজীং মৈরা চুথংপিখিবা
উজা চুঙথাম ˘মনিকতা
ঐগী "মোইরাং নোংবাম"
শীতেন লৈ ওইনা কৎচরি।

# মোইরাং নোংবান

## অহানবা ভাঙ্কক

১বা উৎপা, কেগে চৈরাপ                                        মতম — অয়ুক

মী— নোংবান, থাঙ্গরাকপা, খুয়োলাকপা, চিংখুবা, চাউবা, থম্বা, কৈরোইজাম্বা, শংলীংবা, থোংলেন অমস্তুং মুবা।

( নোংবান কোইচৎ-চত্তুনা রাথল তৌরম্মী, থাঙ্গরাকপা অমস্তুং খুয়োলাকপা অনি হোবে-হোবে চংলকই )

নোংবান— অঙম্বশিং কাবীরকলেদনা ?

থাঙ্গরাকপা— আ-ইঙো শেলুংবা, (মফম মফমদা ফম্মী)

নোংবান— অঙম্বশিং! ঙসি ঈনিংথৌগী য়াথংনা লুবাংজৈ-কৈদাজৈ পাইহুনা কেগে চৈরাপ তিম্নবা অঙম্বশিং পাউজেল্লীবগী মরমসিবু করিগীনি ত্তাবীবগে ?

খুয়োলাকপা— শেলুংবা! ঐথোয়দি হন্নমাল্লে কারবঙাকনি, নহা শেলুংবথোঙ্গনত্থম থঙফম থোকঈনা। (মপান্দগী)

চিংখুবা— কেগে মোইরাং মচাশা থাঙউদো, চিংখুবা ঈতিক

খঙহনগে (মঙ্গুংদা চংলকই, ময়াম খুরুম্মী) কেগে চৈরাপকী অকা মচা কনা কনা লৈ হাঈ। খম্বা, কৈরোইজাম্বা, মপা নোংথোন অহুম্মক কৈথেল ওম্বা নংনবা থীল্লে, হৌজিকমক কৌথংলু।

থাঙ্গারাকপা— মনাও ইবুংঙো অমুক্তা তপথবীথো (চিংখুবা শাউনা ফম্মী, নোংবাম্না সেবা তৌই।)

চিংখুবা— খম্বা মাবু হাৎলগা মু·গোইবীদা চনগদবনি, চাউবা নোংথোন মাবুনা তুম্বীদা অতুগা কৈরোইজাম্ববুনা শেংরোদা লোই থাগদবনি থীল্লে চংলু।

থাঙ্গরাকপা— মনাও ইবুংঙো! খুমন মাগীদি মানি, নোংথোম্বা মপা মচাবুদি য়াথংহুবু, খর·খিৎ।

খুয়োলাকপা— শাবোৎ·লানপোৎ শেৎপনে, তাকপিরিবা য়াথং মতানে ঈনিংথৌনা তারগা করি খনখিগদগে? করি য়েংলি? চংলু, থওই উশিন্তবা শারদনা ঈ·য়া।

থাঙ্গরাকপা - কেগে চৈরাপ হায়বসে নয়াম্বুংগী লোঈশংনি। ঈনিংথৌগী য়াথং নত্তনা মনাও ইবুংঙোনদি অকামচা থাবদি তৌবীরুগম্থু খনবীথো।

(চাউব', খম্বা, অমস্তুং কৈরোইজাম্বা চংলকই চিংখুরদা খুরুমই)

চাউবা— বাঙ্গোলনিংথৌ অমদি ফমনাইবশিংস্থ· তিনবীরম্লে. বারো-বীরোই ওসিদি নপাই ঐথোই মখাখৎ খীনপ্রব্যল্লে। (মকম মকমদা চঙহুনা কমখি, খম্বা, চাউবগী, মনাক্তা কাগোক খোগন থোক্হুনা লৈ, বা হৌদোক্লদে, চিংখু-নোংথোন খানা য়েংনৈ, ময়াম মখা চিক্র)

চিংখুবা— ইপু নোংখোম্বা। (কিদাদগী কুমথরগা)

চাউবা— তাকপীগনি মনাও ইবুংঙো।

চিংখুবা— ননাক্তা কমলিখদো কনানো?

চাউবা— ননাইবু খঙবীত্রবয়নে?

চিংখুবা— অদুবু কনানোনে?

চাউবা— নদাইরেম মেলৈ লাংবনিনে।

চিংখুবা— কমদোবা?

চাউবা— ননাই শিজ মতৈনে।

চিংখুবা— শিজ মতৈ হাঙৈবদি?

চাউবা— মমাক ইবুংঙোনিনে।

চিংখুবা— চাউবা! করি? মিং হাঙৈয় লমজা মচাহ্ নত্রা?

চাউবা— মানি ননাই ঈমাক খম্বনী।

চিংখুবা— হাঙৈ লমজা মচা খম্বা!

খম্বা— বাঙ্গোন নিংথৌ মথং খনববু।

চিংখুবা— নঙ ঐবু কিদবরা?

খম্বা— ননাই ঐ কি।

চিংখুবা— করিগী কিরিবনো?

খম্বা— ঈনিংথৌ নচিন-ননাও, ঈচেম, ঈপা·ঈমান পুম্নমকপু ননাই ঐহাক য়াম্না কি।

চিংখুবা— করে অদুদি খাঙউকো।

খম্বা— কপনি।

চিংখুবা— শংলিংবা লৈত্রা? (শংলিংবা থোরকই, খুরুম্মী) মীহাৎ-পুণ্ডদা পুশ্রো লমজা মচাসি, লালু চোমাই করুগা শুমিং শিঙ্গুম তরেৎনি কৌহ্নুনা থম্মু অকা-অকুম য়েংনবা। (ময়াম পুম্নমক গুহাক তুমিন তুমিন লৈনৈ, খম্বা, নোংথোন অমস্তুং ফৈরোইজাম্বা মাকা য়েংহুনা লৈ। কপ্পি অমত্তা হায়রক্ত্রবদা)

খম্বা— ইমান ইবুংঙো! লমজা ঈচেমদো ঐগীদমক্তা বাজরক্লবীনি ইমান ঈবাই অনিমক্লা মীরাইবীগমুকো ঈচেমদো ( খুরুম্মী ) চৎকে তৌই।

চিংখুবা— হায় শংলিংবা! নকোক্তা মনা পাম্লে হায়? লমজা মচাসি পুশ্রোনে। ( ময়াম মুরুম মুরুম শোম্নে। ফৈরোইজাম্বা হৌগৎলি মফি তাথৎলি শংলিংবনা থম্বা পুগে তৌই। )

চাউবা— ফৈরোইজাম্বা! করিনো? কেগে চৈরাপ মমাংদা চাবৈ তাথৎতুনা হৌনত্রা? ফম্মু ফম্মু নফমলাংদা। (হৌগৎলি) শংলিংবা! নত্তিক নথৌনা কয়া লৈরহুনা চাউবা নোংথোন ঐগী মাঙদগী মাক-লোরেন খম্ববু পুগদৌরিবা? লাউ লাউ পুরো লাউ অমুক্তং য়েংশি।

চিংখুবা— নোংথোম্বা!

চাউবা— মনাও ইবুংঙো!

চিংখুবা— নঙ কয়া চাউরি?

চাউবা— পীকই, চাউরিনা তাকপীয়ু।

চিংখুবা— ঈয়াম্বনা নিংথৌ ওইরি— ঐগী য়াথংনিদনা।

চাউবা— ঐস্থু কেগে মোইরাং লৈবাক্তা নোংথোন ফম ওইগ্নিনা,

কি হাঈরগনু মী হাংঙ্গা ? মরম লৈতনা ঈমাকপু করিগী হাংকনী ?

চিংখুবা— নমাক হাংবে তৌবদি, লম হেল্লি অহুগীনী।

চাউবা— কৈথেল ওমথংলকপদকা হাঈহুনা তাকপী খিবহুদি অহুগী ওইরেকো ?

চিংখুবা— মানি, নমাকপু হাংপা, নপা-নচানা লোইদা, খঙলেদনা ?

চাউবা— মরম খঙলগা নয়াম্বুংগী মনিঙনী, মনাও ঈবুংঙোগী য়াথংনদি কৈদগী।

চিংখুবা— ঐনা লোইদা থাখিবা ঐগী ইচা থোইবীবু করিগীদমক কৌথংপীরুরি ?

চাউবা— হিঃ বাকম অহুদি মনাও ঈবুংঙোদা কনানা হঙংপগে ?

চিংখুবা— অহাঈবা খিরগা করি তৌগে হাঈরিবা ?

চাউবা— করিবুদি তৌগদগে মনাও ঈবুংঙো, খঙনিংইদনা।

চিংখুবা— নোংবাম্না হাঈদনা।

চাউবা— উম্ ! হা-হা-হা, কোংয়াম্বা !

নোংবান— ঈপম্নৌ !

চাউবা— কৌথংলমদবা থোক্লবদি ?

নোংবান— কৈরোইজাম্বা য়াম্বগা খম্বা ঈতাওগদি কৈদা চংলুবনিনা ?

চাউবা— উম ! মনাও ঈবুংঙো, য়াউশুরাকপা হাঈরিবা চাইরেন নিংথৌদা ঈচন ভোম্বী ওংলী। মনে নারি, মনেনা ময়া মশক উগে অহুগা তাউজিং নোঙাং হৈ চানিঙইস্নু হাঈরকই। মরম

অতুগীদমক হৈ খিনবা ওইনা ননাই মশেন মবাই অনি চাইরেন্দা চৎহল্লুবনী। নজা ঈবেম্মনা থম্বা মগাইকাদা লৈরমদবা অতুক থোক্লবদি মনাও ইবুংঙো ভাবীসি, ননাই নোংবানদি হিংখিগত্রা? লৈপাক পুম্বা ভাবীয়ু, ঐখোঈ মোইরাং লৈবাক্তি ঈনিংথৌগী য়াথংনা কংলা য়াইপুং থীন্দুনা লৈপাক ভিল্লু হাঈবগী লৈপাক ঐখোয় ভিনবনী। মরমসিগীনী হাঈবদি ভাবা খঙবা লৈনত্রি?

থাঙ্গরাকপা— অঙম্বা ঐখোঈস্থু খঙজদে, শাবোৎ-লাবপোৎ থোল্লগা মনাও ঈবুংঙো লেংঙকই; থুংলবগা নোংথোনগা ঙাংনরিবসিমঙাই।

চাউবা— মনাও ঈবুংঙো! ননাই ঈমাক থম্বসে, শামুখোঙগী চৈক্ষমমকস্থু কোক্তরি, ঐদি ঙম্মী হাঈত্থনা পঙভৌ হেক্তা মভৌবী-রেদনা।

চিংখুবা— কান্নদে চীন কাঙজৈ শান্নত্থনা, ঈচা পুখোকপীরকউ।

চাউবা— নজা ঈবেম্মা খিবীয়ুনা।

চিংখুবা— করিগী খিজরনী, মখোঈনা হুরানবনী ঈচাদো, পুখোক-পীরকউ।

চাউবা— খিহনবিয়ু খিহনবিয়ু মনাও ঈবুংঙো।

চিংখুবা— ঈনিংথৌমক্লা হাঈরবস্থু য়ান্নোইদবা ঐনী, খুমিৎ খুদাং মচা নঙনা বায়েন ভৌবীরিব্রা?

চাউবা— মনাও ঈবুংঙো! নঙ-মা হাঈনা হেকমক ভাকপীরেদনা?

চিংখুবা— নঙবুদি নঙ হাঈদবদি, চাউবা হাঈরে কৈদৌগগে?

চাওবা— করিবুদি ভৌগদগে মনাও ঈবুংঙো, থকসি খাসি

থৌগললোনছুবু বাঙ্গোন শঙ্গাঙ্গীঙ্গুংগী ওইরমাল্লে হঙ্গৎচবনী।
চিংখুবা— থৌগলোন তম্বীয়ু নেকচরবরা?
চাউবা— নেকপিরখিদে, লম-মাঙ্গোল নাইবা কৈ, কাউরমাল্লে নীংশিঙজবনী। (মপান্দগী)
নিংথৌশেনবা— মপু ঈবুংঙো খুজুপস্না তেলহৈবা, মোইরাং নিংথৌ পুরিংলাই। ঈনিঙথৌ কেগে চৈরাপ্তা থোঙদোইবীরকলে।

(নিংথৌ থৌগল-লানগনগা লোঙ্গৈননা চংলকই, তাঙবন্দা ফম্মী, ময়াম পুম্নমক ফমকম থাদোক্তুনা খুরু খুদক কুন্দুনা খুরুম্মী।)

নিংথৌ— ঈপু নোংথোন চেংলৈ লাকপা!
চাউবা— ঈনিংথৌ ঈবুংঙো, নোংদম্বীগনী।
নিংথৌ— ঙসি চৈরাপ কংলা লাথোঙরাইদা, ঈপুগী মাঙ্গথোঙ লাংশিন্না উববু লৈপাক নিংথৌগী ওইবা অবাবা পাউ করি করি লৈবগে হাঙ্গবীঙ্গো নগুদা।
চাউবা— ঈনিংথৌ ঐবু লোইবা লৈমাবা। লৈপাক নিংথৌগী ওইবা থোইদোকপা ননাইনা পাউদমনিঙাই লৈজদে, থৌদোক অমতংদি— ননাও ঈবুংঙো বাঙ্গোন নিংথৌগা মনাই নোংবানগা মপু মনাই অনি চঙহনা, অবোন লম্বীদা শামুখোংদা য়েংতুনা নদাইয়েম ঈমাক খম্বনু য়াইবি লোগে লৌতুনখিবা, খম্বা মচেঙ লৈজরমছুনা হিংজখিবনী। ঙসি কোরৌসিদা অমুক নমোম লাংশন নজা ইবেম্মা থোইবীবু কবো লোইদগী কৌথংলুরে হাঙ্গবগী মিংদা,

মাকলৌরেন খম্বু কোংনা য়াইবী লৌনবা; বাঙ্গোমনিংথৌ; নোংবান মপু মনাই চঙহুনা হোংনবিরম্লে ঈনিংথৌ।

নিংথৌ— শানৌতোন! তৌরেনা ঈনাওদি, ঈচিম ঈনাও চঙনা থাজম্লে, ঈমাওতোম্না মদোম কৌথংলে; খম্বা মরানয়াইদগী ইমোম লাংলেম লোইদা থাম্লে। নিংথৌ ঐদি পারি-ইমোম পোকচদে মচা তাংই হাঈহুনা ননিং তৌরেনে ঈনাওদি! তমুম নোংবান ঐগী নাক্তা হান্না লাক্লরবনী, ওইদবা তাংই হাঈহুনা তাম্থোকথিবনী। অওই-ওইদা খন্দনা ননাইগী বাবু হেক্তা লৌবদি, ঈনাওগী মতৌ অসিদা 'য়াম্বস্থ য়াম্না কিরে, অহুনা তসিসে কেগে চৈরাপ তিলংহবনী। তাইতমজবো ঈনাওদি, 'য়াম্বগী পুন্সি লোম্লগা কৈদৌখগে ঐগী ফমসি লৌহৌদা।

চিংখুবা— য়াম্বুংনা অম্মুম্না ঈপুথোঈগী মীচং হেক হেক চঙহুনা তৌহল্লিবা তাক্তনী।

নিংথৌ— শানৌতোন! নদাইরেমশিং থাহুনা থিবা য়াবা মফমদা কবোদস্থ থাহুনা ইমোম লাংলেন থিহল্লু, লৈত্রে তংতাবা খঙলগা হৌনবী থবক চংথসি, নত্তহুনা অম্বেম্বদা কেগে চৈরাপ্তা নাকোং বাই চিলহনগনু, লৈপাক বাথোক ওইরক্কনি। (মতম অসিদা থোংলেন অমস্তুং মুবা লাকই মপান্দগী।)

থোংলেন— মপু ঈবুংঙো মোইরাং নিংথৌ ঈনিংথৌ! নয়াথংনা কেগে চৈরাপ তহা তহা কৌবিবা, শা কদোমদা লাকপগে, লাল কদোমদা তারকপগে শাগী শারম হাঈবীরো লানগী মাইকৈ তাকপীরো

ননাই থোংলেন হম্বুবা শাপোৎ লানপোৎ শেৎলগা চরৈ কীগাও শাহুনা ঈনিংথৌগী য়াথংতা ভাইহুনা লৈজরি।

নিংথৌ— ঈপু শোজা অথৌবা! ঙসি কেগে চৈরাপ তিনবদি শাবাও লৈতে লানবাও লাক্তে তপথবীথো ঈপু কমকম লাংদা কম্বীরথো।

( থোংলেন, মুবা চংলকই— নিংথৌ খুরুম্মী, নোংথোন্দা মুন্না য়েংই, চাউবনা নঙগী কমকমদা কম্মু হাঈনা ঈঙ্গিং তৌই, কম্মী।)

থোংলেন— অঙম্বশিং পুম্নমক তিনবীরম্লে ঐদি থরথিৎ থেংলকলে, লৈবাকী ভইবা বাথম্না. করি হীরমদা— য়াথংনা করি ভাকপীগ্রবা?

খুয়োলাকপা— অথৌবা! কোংয়াম্বনা থম্বা মশেন মবাঈ অনিনা লোইদগী মজা ঈবেম্মা কৌথৎলুরে হাঈহুনা মনাও ইবুংঙোদা হঙ্গংলে, মনাও ঈবুংঙোনা মশেন-মবাইদা মজা ঈবেম্মা পীয়ু— লৈতে হাঈমরি।

( থোংলেন— থম্বা অমস্তুং ফেরোইজাম্বগী মশক মুন্না য়েংই— অরানবা খুদম উদে; চাউবদা য়েংই, নোংথোন মঙক হাইফেৎ হাই, থঙলে অচুম্বা।)

থোংলেন— কোংয়াম্বা!

নোংবান— ইমান ঈবুংঙো।

থোংলেন— কম্না?

নোংবান— চুম্মী ঐনা হঙ্গংলি।

থোংলেন— মজা ইবেম্মবুদি হেকমক উরবরা?

নোংবান— শকমক্তি উজদে, হুদা শাবা অনিগী মশক উবদা খঙলহুনা হঙ্গৎচবনী।

থোংলেন— উয়! নয়াম্বগা নত্তাওগা হল্লকইবা মাইকৈহুদা কবো-দমক লৈত্রা?

নোংবান— মহু ঐদি খঙজদে, ঐনা খঙজবা মথৈদি হাঙ্গৈজরিবসিনি।

নিংথৌ— চৎলুবস্থ ময়াই, লৌরুবস্থ লৌরুকে, অহুমকপু ত্তাসি ইদাইরেম খম্বা! ইমোম লাংলেন থোইবী পুরকপরা নথোঙ্গৈদি?

খম্বা— ননাই ঐথোঙ্গৈ চৎচদে, চাইরেন্দা বৈ থিনজরুবনি। হল্লকপদা ননাই ঈত্তাও নোংবান মত্তোমত্তা হাওগরম পাৎকী ময়াদা শগোল লাক্তুনা লৈরম্মী; ননাই ঈশেন ঈবাই উবদা হৌহুনা অহুম চেনখরে; অহুগা হৌজিক হঙ্গৎলমলিবসিনী।

নিংথৌ— ফৈরোইজাম্বা। চুম্বরা?

ফৈরোইজাম্বা— অচুম্বনি ঈনিংথৌ।

নিংথৌ— ঈপু নোংথোন!

চাউবা— ত্তাকপীসি ঈনিংথৌ।

নিংথৌ— ঙসিগী চৈরাপ বায়েনসি ঈপুনা বারেপ বাথৈবীয়ু হাঙ্গৈববু অঙম্বা. করি হাঙ্গৈবগে?

চাউবা— ঈনিংথৌ! ঙসিগী বাকৎ-বাপা অনিসি ঈচা-ঈমাকী-কাগা ওইরে অহুগীস্থ মথক্তা বাকৎলিবসিস্থ অঙোম ঐথোঙ্গৈগী শাংগৈগা ওইবসিদা ননাই ঐবু,— বাকমসিমাদ ননাই থোংলেন শোক্তানা কগত্রনে ঈনিংথৌ। (থোংলেম্না চাউবদা থানা য়েংই,

চাউবনা মমিং খত্না তৌ হাঈ। )

নিংথৌ— ঈপু থোংলেন! করি হাঈবগে ?

থোংলেন— নয়াথং চরৈ ফীগাও শানা য়াঙরি ঈনিংথৌ।— কোং-য়াম্বা!

মোংবান— ইমান ঈবুংঙো।

থোংলেন— উম! অচুম্বতা খুম্মুকো।

নোংবান— খুমজগনী ইমান ঈবুংঙো।

থোংলেন— অঙ্গনিদনা নীপা হাঈদনা—, নয়াম্বা কৈরোইজাম্বগা নত্তাও খম্বগা মথোঈ অনি, হাওগারম পাংকী পাংয়াদা ঙসি অয়ুক নঙগা উটৈ হাঈবসে চুম্মীকো ?

নোংবান— অচুম্বনী ইমান ঈবুংঙো।

থোংলেন— অতৈ অতোপ্পা কনা অমা য়াওরক্কেদনা ?

নোংবান— য়াওরক্কে।

থোংলেন— মজা ঈবেম্মসু য়াওরক্কেকো ? ( নোংবান চিংখুবা মিৎচানৈ। )

নোংবান— য়াও-রক্কে।

থোংলেন— উম!— মনাও ঈবুংঙো মথং খনববু!— তাবীরিব্রা মনাও ঈবুংঙো ?

চিংখুবা— ঐ তারি।

থোংলেন— ঙসিগী ব়াফমসি, মনাও ঈবুংঙোমক্না খঙবী-উবীমক নত্তে, মনাই নোংবাম্না হুঙৎপনিনে ?

চিংথুবা— মানি।

থোংলেন— ননাই তুমুরাকপা নতাওনা নমোম লাংলেন মাঙব্রে—লৈত্তে হাঙ্গীছুনা পাউককা থারকপদি ?

চিংথুবা— থারক্লে। (চিংথুবা লৈথোক্লনা লৈ।)

থোংলেন— অং! কেগে লৈপাক 'লৈমাবা, মোইরাং 'থোঙ্গী ঈনিংথৌ! ননাই থোংলেনগী বাথি-বায়েন লোইজরে লৈপাক মপু।

নিংথৌ— হাঙ্গীবীরো ঈপু, করি করম্না বারেপ বাথৈবীরবা ?

থোংলেন— মনাই কৈগ্নোইজাম্বা মশেন-মবাঙ্গীমা নজা ঈবেম্মা হূরান্দে, তুমুরাকপা নতাওগী মকমদগী নমোম লাংলেন মাঙদে; মবুক ফত্তবা নোংবাম্না মনাও ঈবুংঙোদা লৌনম চীমোল হুঙ্গত্লনা থম্বা হাংলগা কেগে বাথোক ওইনবা লাঙবা থৌরাংনী। মরাল শীছুনা হাংলগদবা নদাইমেম থম্বগী মরাল লৈরমব্রে; হাংকে হোৎনরম্বা নোংবান মরাল লৈরে; তাবীসি ঈনিংথৌ কোংয়াম্বসি অঙাং ওল্লোঙ্গব্রা ?

নিংথৌ— চুম্মিদা ঈপু, কোংয়াম্বা মাগী মরাল লৈরে।

থোংলেন— তাবীয়ু অঙম্বশা! থোংলেম্না অঙোম নোংবান হাংপদা কনানা কনবগে য়েংবীয়ু। তাবীয়ু বাঙ্গোন নিংথৌ! ঈচানা ঈমৌ শিজগী নাক্তা চত্তবদি কৈদৌনি ? পারি শাজৌ! হৌজিকসু মপু মাওসিদগী কবো মীরৈপুং য়োনা ঈমৌ শিজ নাক্তা চৎথো, চেঙজেন কোম্না থিল্লকে; নমোম লোইদা থাবদি ঐদি তাবু তাদেনা।

চিংথুবা— ঈপু পঙহাই হেকমা হাঙ্গীরেনা ?

থোংলেন— হাঈরে, মনাও ঈবুংঙো। ( চিংখুবা কেরুক কেরুক য়েংই, চাউবনা থোংলেন য়েংহুনা নোকফেৎ তৌই।)

নিংথৌ— তাবীয়ু ঈপু! কোংয়াম্বা মাগী মরানগী মতীক চাবদি হাৎপা হাঈবহুমক চপ চাবনী, অহুবু ঐগী হাকতক অসিদা মী হাৎপা হাঈবসিমদি অহুক থোকহনিঙদরে।

থোংলেন— ফরে, ঈনিংথৌ! য়ৈসিনা?

নিংথৌ— ফরে ঈপু য়ৈরসি।

থোংলেন— মুবা!

মুবা— অথৌববু।

থোংলেন— ঈনিংথৌগী য়াথংনি, চৈশিং কক্তনা ফু। (মুবা ফি শেমহুনা চৈতুপ থাঙ্গংতুনা ফুগদবগী থৌরাং তৌরে; নোংবান চিং-খুবগী নাক্তা থুরু খুদক কুন্দুনা লৈ, মুবা চৈ হাইথহুনা ফুথরকলে খম্বনা চেনশিন্দুনা মাগী য়াওরকপা কিনা নোংবানবু কুপ্পুনা খাম্মী, মুবা চৈ লেপপ্রে।)

খম্বা— ননাইবু লোইবা ঈনিংথৌ। ননাই ঈভাওগী ময়ালসিন-ডংদি ঙাকপীরো হাঈনা, ঙাংলো থুয়াখাদা চরৈ ফীগাও শাজরিনে লৈকোই মপু। (নিংথৌদা থুরুম্মী)

নিংথৌ— হুংশিদা ইদাইরেম! খম্বা নঙ লৈবনা কেগে মোইরাং লৈবাক্তা হুমিৎ-থা থোকপনিকো। তয়ুম! নঙনা নিঙবা থুংজরো।

চাউবা+থোংলেন— মাকলোরেন! পারি শাজো! (অনি চঙ-হুনা নিংথৌ মমাংদগী খম্ববু কোনথৎকে ভৌই, খম্বা-মপা, মকু অনিদা পুন্না থুরুম্মী।)

ফম্বাক মমথে।

## ২-বা উৎপা, হোজং মরাগী লম্বী।

মতম— মুংখিল।

মী— চিংখুবা, নোংবান অমস্থং নাইজহনবা।

(চিংখুবা, নোংবান মথবাই মুডাইতনা বারী শাহনা লাকই।

চিংখুবা— কোংয়াম্বা!

নোংবান— মনাও ইবুংঙো।

চিংখুবা— নহাকথকসিদা নঙুংলাংগী চিংখুবা ঐনা চোপ্পা নংলিবসে কয়ারক্তি গুরে হাই?

নোংবান— হৌজ থেংথাং য়াল্লবনী, ননাইবু ডাকপী হৈবা থৌজাম্না ডসিফাওবা থৌগন কংজরিবনী।

চিংখুবা— উম! থঙদি থঙবোইরে।

নোংবান— থঙজৈ, মপোকসিনগী কাউজরোই, পুন্সি চুপ্পা নথোঙ শেংজবা কংবা শীনবীসম্ভ।

চিংখুবা— কাউরগে নিঙশিঙলরোই হাঈহনা কয়ারক হোৎনররবনী, অহুবু অহুডৈ কৈঙমশঙদা চেপ্পদগী লোংনা, লোংবদগী চেপ্পা য়াডাবা ঙমথিব্রবা ঐঈদমক নঙনা বাখিবদো— কোংয়াম্বা নশক উরগা হৌজিক্তা হেক থোকথিবা থৌদোক্কুম নিঙশিঙইনহৈ।

নোংবান— মনাও ঈবুংঙো মনাও ঈবুংঙো!

চিংখুবা— ইমোম লাংলেন থোইরীদো লোইদা থাখিবা লোইদাম

থাজ অহুম শুরেহৈ; ঙন্দিদগী কোয়ো শীঙুম হুমনি শুবা হুমিত্তা লোইদগী কৌথংলগে থল্লে।

নোংবান— মনাও ঈবুংঙো। মনাও ঈবুংঙো!! (চিংখুবা মী অতৈ লৈত্রা, লাকপ্রা য়েংই।)

চিংখুব'— উঁম! মুম্না তাও ঐগী মী অমদি ঐগীদা লৈবা কনা ঙমম্তুনা কোংয়াম্ব' নঙোন্দা ইযোম লাংলেন থাজবা পামদে, নঙনা ঐগী ঈয়ান্দা লাকপশিকাও মমাশিং কনা অমম্তুনা য়ানিংদবনী ঐতনা, খঙলেদনা?

নোংবান— খঙজরে।

চিংখুবা— লোইদগী কারকপসিদা অঙম্বা পাইম্বে শীজিন্নহুনা অঙোম নয়ুমনাক্তা য়েঁানবা হোৎনজৌ. ইযোম লাংলেম্না কোংয়াম্বা নখু-বাক্তগী না.ম্বাক্তুনা চৎপ্রবা. মতুমা ঐ খঙজ্রেকো।

নোংবান— মমাও ঈবু'ঙো! মনাও ঈবুংঙে'!!

চিংখুবা— কবোদা চৎনবা নাইজহুনবা কৌহনগ্রে, নঙপ্পা ঐগা অমুক উনবকাও কত্রবনী।

নোংবান— মনাই ঐ খঙজরে।

চিংখুবা— নয়ান্দা হল্লো, থবক পাঙথোক্লবা হোৎনরু। (নোংবান চিংখুবা খুরুম্লগা হয়াওনা থোকখি; নাকল অমদুগী নাইজহুনবা চং-লকই, খুরুম্মী।)

নাইজহুনবা— মনাও ঈবুংঙো মথং খনরা, ননাই কাজমক্লে কবি তাকপীগদবা?

চিংখুবা— নাইজহনবা! নহানসু নঙনা লোইদা থিল্লুবনী, ঈচা লৌখৎপীরুরো, অহুগীদমক কৌবনী। (নাইজহনবা খুমদে, বাফম অসি থাজদহুনা য়েংহুনা লৈ) কবিনো খুমদবদি ঙমলোই হাঙৈরিত্রা?

নাইজহনবা— মনাও ঈবুংঙো! তাকপীরিবসিবু অচুম্বমক তাক-পীরব্রা?

চিংখুবা— নাইজহনব! অচুম্বনিনে। ইমোম লাংলেন থুংলব্রি ফাওবা ঐদি তরা চাররোইদবনি। (ঙহাক তুমিন লৈ, নাইজহনবা কবিসু খুমদে।) নত্তে ঐগী অশাওবা কোকুবা ইমোমবু মফম অমদা লোৎপরা? ফরে, অহু ওইরবসু পুথোকরকলো, চিংঙু থাংজিংনা খঙসনু ঐ কবিসু তৌররেই।

নাইজহনবা— কৈদগী, কদাইদবু লোৎকদগে বাঙ্গোন নিংথৌ!

চিংখুবা— কবোমক হেক য়ৌপ্রবা? ফরে, নঙ চৎপা ঙম্মরোই হাঙৈরিত্রা?

নাইজহনবা— চৎচগে, নয়াথং লৈতবদগী তৌবনী; চোংলেন লিলেমথাদগী তম্ফা য়াইরংচান ওইবী; সনা থক্তা থিল্লুবা মনিক্কগী থোইমবী নজা ইবেম্মা থোইবীসে, নবা ঈগী মতুমদৈ কবি খঙদ অঙাংনা চরৈ মোরাম্বী পোবগুম ননাইগী শমু নমদা পো, হুম নাউ-থেম্মহুনা চাউবা মরেপ তমখিবনীদে মনাও ঈবুংঙো। নমোমবু মুংশিবদি পলেম পম্বো ওইবনা মুংশিরিবহুদগী ননাইনা মুংশিথনা অমুক তাবা নত্তে। নসু কৌথৎচরুরো হাঙৈবা য়াথংহুক্তং হাপ্পীনবা হাঙৈহুনা, ঙাংলো খুয়াথাদা চরৈ কিগাও শানা লৈজরকপা লোইদাম থাজ অহুম হাঙৈরুবনী।

চিংখুবা— ফরে নাইজহনবা ! মমাশিংগা তান্নরগা ঈচাগীদমক পুবা য়াবা ফিজেং, লিক কোল পুম্নমক পুখো, অহুগা শমু পাঙ্গনব খোঙলোই কয়ানো পুনিংবমখৈ পুখো। কৈদৌঙৈ ইমোম লাংলেন শীগদগে হাঈবীয়ু ?

নাইজহনবা— মনাও ঈবুংঙোনা তাকপীয়ু।

চিংখুবা— ঐদি কৌক্কিকমক ঈচাগী চেংলৌ উনিংলবনী।

নাইজহনবা— হা-হা, লাম্নবনী হাঈহুনা খুৎ অনি থাহুনা হুকপদি য়াবা নত্তে. মীৎরবাকনী থাপইদো। ঙসি চৎপসিনা হয়েং থুংগনী হংচিৎ খোরিকৈন হাগৎপা মুমিদাংবাই মতমদা, নজা ঈবেম্মা থুংনব পুজরক্কে ননাই ঐ।

চিংখুবা— ফরে, থীল্লগম্ন ঐ চঙ্ঙেকো।

নাইজহনবা— মনাও ঈবুংঙো ! ( খুরুম্মী, চিংখুবা চঙখি। )— চিঙ্ ঈবুংঙো মোইরাং থাংজিং ! নঙবু কুবিরগে খল্লবোই। কে শাংবয়াই মোইরাং লৈকোইপুংগী হৈরাং হৈজীং ফাদবা ফারনী, তাঙজিং মরোং চুমদবা চুম্ননী, লৈপান্দা লৈরাং লৈশাং তম্ননী।

(মতমসিদা এংখুরাংবীনা মপান্দগী কৌরকই )

এংখুরাংবী— ঈপু নাইজহনবা ! তারিব্রা ঈপু !

নাইজহনবা— মনাও ঈবেম্মা ! মনাও ঈবেম্মা ! ননাই ঈপু লাকচরে।

( হরাওনা নোঙ্না নোমজেন চেনখি। )

**কম্নাক মমখে**

## ৩-বা উৎপা, তুমুরাকপগী য়ুম।

### মতম— মুমিদাংবাই।

মী— তুমুরাকপা, থোইবী নাইজহনবা অমস্তুং খোংলোই খরা।

(তুমুরাকপা বাথল তৌনা কোঙ্গনা চত্তুনা লৈরম্মী, থোইবী চংলকই।)

তুমুরাকপা— ঈপাগী ইমোম।

থোইবী— ঈপা ঈবুংঙো। নমোম কৌবীবনু? (তুমুরাকপা ফমথখরে।)

তুমুরাকপা— ঈপাগী লালেন! ননাই পোংমুগী মচিন্দগী ঐ লোইনা তারে-খঙলে, লমকেৎ লমঙাইবী নতা শন্নরিক চনিংখোম্বীনা ইমোম নঙবু লোইবীদা শীংজা চলহনখিবা, পাস্তা লেমলৈ তালহনখিবা পুম্বা করি খঙদবদৈ তৌবনী ইমোম ঈবেম্মা পাঙ্গমা পীবুক মুংদা নাইমু কিশিনগমুকো। মতুগী মতীক থোকপদি ইমোম চনিংখোম্বীসে, লালেন তয়ুমশিংদা চনজরে; পম্মো মাগী য়াথংনা ঈয়ুম তুমুসিদগী নপাম মোইরাংদা লোইকাবা থোক্লব অউন্নাই ওইনা কৎলবনিকো ঈপানা।

থোইবী— পম্মো করি বানো? নমোমদি থোইবী ঐগীদি ঈতানী। তাকপীগমু অহুম্মা। ঈতানা থোদাহুনা তৌখিবা নস্তে অমত্তা,— লাঈর-লৈতশিংগীনী হাঈনবা খবকশিংমু সুহুনা চাং খঙলগা মুংঙাইবা মশক খঙগে ইদোম শুঙ্করুবনী।

তুমুরাকপা— লাংলেন! মুংঙাইবা হাঈবা কৌবদি পাঈমা পীবুক-মুংগী বানী। তেরাগী মোন্দুম-মোন্তেক অমদি তরেৎ শেঙ্গানা ওই-ঙনবা য়াবা নত্তে। বারুমু, নবুধৌ থাংজিংগী থৌজান লাক্লগত্রা খল্লে ঈপানা।

থোইবী— ঈপা ঈবুংঙো! করি কমদৌনা তাকপীয়ু?

তুমুরাকপা— ঈপাগী লাংলেন! পাঈমা লৌশিং চাউবিনী, ঙসি ঈপাগী থোমলেন মঙলান তমগে, মঙ খুনবা হৈরিগনী ঈচাদি।

থোইবী— ঈপা ঈবুংঙো নমোমদি খঙজদে, অতুমকপু তানিঙই।

তুমুরাকপা— উম! সিনি তাও ঈমোম! ঈপাগী মনিং শঙ্কোং ওইরপা হৌরিবা বাংলবা শীঙেন লৈহাউ পাম্বীসিগী মতোন্দা, মেলৈ লৈম্না মুঙজমপান কদাম্বদি লৈমুংশি লৈগী চয়োং অমা শাংলি হাঈগুন্না তৌই। ঈপানা লৈ নঙবুনে ফজেদা হেকপদি ঙমত্রেকো স্নুম্না খল্লি। খঙহৌদনা লৈগী চয়োং অদো ঐগী ঈমাঙদা ইরেন্ তপ্পা কেল্লকলে। ঈপানা খুনগংকে হোৎনরিঙৈদা— মিপাদো মোইরাং নোংবান্নি হাঈবোইনা তৌই। মানা তাপ লাকে তৌবদা খঙহৌদনা পাম্বা কৈরেন অমা চোংথোরক্তুনা নোংবান মাবু মথা পাংনা তান্নখি। অসিগী চৈরক অসিদা, ঈমাক অঙাং নোংয়াইনী হাঈবোইনা তৌই নিপাদো, লৈদো তাপ খুনগংলি অদুগা মাগী লবাই কোঈরেনথক লাবা লুকোই শলাইথোং কোয়েৎথক্তা থেৎখয়ে। ঙসাই নোংবান তানখিবা পাম্বা কৈরেনচুদা তোংলগা নোংয়াই মরান-য়াইদা হনখি। হাঈয়ু হাঈয়ু তাসি ইমোম মঙসি করিনো?

থোইবী— ঈপা ঈবুংঙো নমোমদি অপঙবীনিনা খঙজদ্রে, পঙ্গৌনা তাকপীরো।

তুমুরাকপা— লাংলেন খনখোদা।

থোইবী— পঙ্গৌ নমোমদি খঙজদরে। ঐনা 'তুক খনবদি— নমাক খুমন লমজাদো পাম্বনা শোকলিগদ্রনে? (মাইথোং লাং-শিল্লি পিগী ঈরা হৌই।)

তুমুরাকপা— নত্তে নত্তে থোইবী! অফবা মহৈ কংলগদবা মঙলাম্লি।

থোইবী— পঙ্গৌ তাকপীয়ো, নমোম তাজনিঙলেদা!

তুমুরাকপা— মঙগী মতা হাঈ'রদি থীন্দনা লোংই কৌখৎলবা য়ারে, অদুবু ইমোম নঙগী লমখাঙদা লাংলো অমত্তংদি কৈরগদ্রঃ খাল্ল; মতুমক্লা নুরা নঙগী নিঙবা কাঈবা থোকহনবদি ঙমলোই, চিংঙ্ থাংজিংগী থৌজাম্না খুমন ময়ুম্নাক্তা য়ৌজো হাঈবা থোকই।

থোইবী— ঈপা ঈবুংঙো মুংঙাইজরেদা!

তুমুরাকপা— ইমোম লাংলেন মুংঙাইজো, নপা ঐগী য়াথংসে খয়ুম মানা কুবিবা ওইসন্নু। চৎলু— তোব নাক্লল চল্লকলে, তন্না লুকোই হৌনবা শংলো মথেল লাংলুরো; ঈপা লাই খুরুমলুখিগে।

থোইবী— ফগনী ঈপা ঈবুংঙো। (তুমুরাকপা চৎখি; থোইবী ওহাক চিংথোং চিংয়া মুংশিনা য়েংহুনা লৈ, মুমিদাংবাইরমগী উচেক বায়াগী মিরবা মুংশিবা খোঞ্জেন তাই, মপাম লমদম উরুবদ' মিত্তা পিরাং ঈহৌরকই; উচেকী খোঞ্জেল তারগা)

ঈশৈ— কবো ম-ঙদা লাঙ্গৈরবী—
মযোম শোংশী লৌঙাকপী
চেক্লা ঙইনা লাংওনবী,
খেউ লক্তা চাক্তাবী
খঙ্গ্রা লক্তা য়াঙ্গরেকপী।
চেক্লা নঙবু উবসে—
নিঙজোল পীবুক লুংওয়ে॥
হা চেক্লাও লুংশিবী!
চেক্লা নঙনা উকৈদা তোং
পীগুম পাগোই কম্না য়েং
নূরা মাঙদা তোংঙবা,
কাঙ্গনা মৈচাক হাপকেরা
লুংশি পাউবু তমগেরা।
কক্ত' পাউবু ওইরবা
লৈরো' চেক্লা তোংহুনা,
অক' পাউবু ওইরবা
ঈপাম মোইরাং মাঈকৈদা
পাইরো পাইরো চেক্লাও॥

(ঈশৈ লোইরবদা, উচেক্লা মোইরাং মাইকৈদা পাইখিবা উরবদা নোকমি নোকমি তৌনা হরাওনা য়েংহুনা লৈ, মাইকৈ অদোমদা নাইজহনবনা হরাওনা চেনশিল্লকপা উই)

থোইবী— ঈপু! ঈপু চেনগন্থ, তুরনিনে ঈপু! (নাইজহনবা নোমহৌ নোমহৌ চেন্দুনা চংলকই)

নাইজহনবা— মজা ঈবেম্মা, মজা ঈবেম্মা! ঈপুনা লোকলৌ কোনগে কো! (মরেংজুম অনি পাঈহুনা, মিত্ত পি শিন্থৈ, চিনবান্দি হুরাও মোমোন নোক্লা!) নথো থাংজিংগী থৌজাল লাকলে বারুমগন্থ। চিংঙ্ ঈবুংঙো মোইরাং থাংজিং! থমুব নশাইগোন্দা চুম্না শামবনা পেমক্ত হুবা, তাইবংগী অবা-নুংঙাই করি খঙজদা শীম্নৌ লশিং তীনগুম পলেম-পম্থৌগী 'নাক্তা লৈজরম্বু, শেম্বী মীরৈপুঙদা কনা লৈজদা লমজাগুম, থাদোই লৈরাংনা পলেম-পম্থৌ শেংনা থাইনা মৈশা লাংজবা লোইদাম থাজ অহুম হাঈরেদো।

(থোইবী কপ্পী— পি তৈথোক্লগা)

থোইবী— ঈপু! মতম চাদনা তহা তহা লাকপবু পম্থৌ-পলেমশিংগী মরক্তা হেদো নাহে চন তৌরাগু ককওম্নবা য়াওবরা হাঈবীয়ুনে নওদা।

নাইজহনবা— নথো থাংজিংগী থৌজাম্না পলেম পম্থৌ কৈদোদে।

(থোইবী নুংশা থি।)

থোইবী— অহুদি— নত্ত লাঈরবা শানা শোক্লবরা? (নাইজহনবা নোকই।)

নাইজহনবা— হা-হা-হা, মজা ঈবেম্মা! নুংশিদা ঈঙ অঙাং নোংম্নাই করিম্থ তৌদেনা।

থোইবী— অচুম্বনিকো ঈপু?

নাইজহনবা— অহুন্না করিগী কত্ত' বাথন খনবগেনে মজা ঈবেম্মা।

থোইবী— ঈপু ঈপাম লমদম থাদোক্তুনা মীয়মদা লৈবসে ওম্বোক্লা পাঈমা মুংজেংগ্রে, অহুগা অমুক অমনা চেক্লা 'মুবী পাউহন চেক্লা লাক্ল হেক থোংলবা, পীগুম পাগোই খয়দং হেক চোংবদা ঈপাম লমদম করি থোক্লরিদগে খনবতদা মুংবংঈ। হৌজিক ঈপুনা থুংল-ত্রিভৈগী মাগুদা পল্মৌ তুমুরাকপনা থোমলেন মত তম্বদা··· ··· ··· নগু মেলৈ লাংবদো পাম্বা তোংহুনা খুমন মরানয়াইদা চৎথি হাঈ; তম্বা হেক লোইবগা ঈপুনা ভহা তহা থুংলবা উবসিদা কত্ত' করি থোক্লবনো চিংনক্লরে।

নাইজহনবা— করিগী কত্তবা ওইজরুদগে। পাম্বা তোংবা ওম্বা তম্বা মহাক অহুদি মীথোঈ মীহেন্দুনা মীকোক থোংবা ওইরগদবনে।

(খোগুলোই নীপা ২ চংগুক্তুনা থোইবী থুরুম্মী।)

থোইবী— হাঈমা! ঈবুং ভাইবশিংসু য়াওবিরক্লিবোইরে। (লাপ্পা য়েংলগা) ঈপু! চা অগুাংবা তৈবা দোলাই, কি-মোয়চিংবা অহুক য়াম্বা পুরক্লিবসিবু থোইবী ঐগী ঈপোৎনি পাবুংনা থিম্মুরু হাঈবরা?

নাইজহনবা— নত্তে নত্তে ঈবেম্মা, পাবুংগী য়াথংনা ইমোম লোই-দগী লোথৎলু হাঈদনা লাকপনে; দোলাইসিদা তোংহুনা ঈপাম মোইরাংদা লেগুলগদবনে। (হুরাওনা)

থোইবী— ঈপু!

নাইজহনবা— মজা ঈবেম্মা! মজা ঈবেম্মা! (থর চিংননা)

থোইবী— করে ঈপু মুংগুাইয়ে, অহুদা বা অমতংদি হংজগে?

নাইজহনবা— তাকপীসি।

খোইবী— কাবগীদি কাবুনী, পঙোদি লিংজেন খাবনী, থুংকম য়ুম-কৈগী পাউদি? (নাইজহনবা ঈণক ভুকই)

নাইজহনবা— মহুদি ঈপুদি মুম্বা তারক খঙলক্কে, পাবুংগী য়াথংনা ইমোম কৌথংলুরে। তাকপীবহুদা হুরাওজমনগ্রহন হেক্তা কুমজরক্লবনী।

খোইবী— অহুদি ঈপুখোঈস্ব বাবেকো। ঐ পাক হেক চংপদি চুম্মোইদমাল্লেনে ঈপু।

নাইজহনবা— চুম্মীনে ঈবেম্মা, অহুদি কয়দৌনি? (খোংলোই অনি মিৎনা ঈঙ্গিৎ তৌনৈ।)

১-বা খোঙলোই— অঙম্বা, অহুগীদমক কুরিগী বাবারবনো?

খোইবী— কবি কয়ম্বা ঈবুং ঙাইবা?

১-বা খোঙলোই— মনাও ঈবুংঙোনা তাকপীখিবদো 'সিনী মজা ঈবেম্মা, নোংবান হাঈবা মুহাকী মীচং চঙউবদগী অমুক য়াম্বা ঘরুত্তাঈবসি খোকস্নিবনী। অহুগীস্ব মথক্তা ইকাঈবস্ব নংস্নিবনী। ঈচা মশোয় পোকপনী, হন্দক ঈচানা লোঈনগী কারক্লবদি মানা পামজ-বহুতা তৌরশন্থ, ইমোম কাদা ঐ লোইদং শীংখোং ওইগ্নবোই হাঈনা থাংজিং পন্দুনা বাশকপ্রবনী।

খোইবী— মুংঙাইরেদা ঈবুং ঙাইবা। কয়ে ঈপু অহুদি ঐ বা অমত্তা হংজখিগে?

নাইজহনবা— মজা ঈবেম্মা তাকপীসি। (খরা হজোইনা)।

খোইবী— না-য়েকইকা হাঈবদি ঈপুখোঈ তারীযেনে?

( নাইজহনবা তিঙক মাইওরক্লহুনা লৈ; ১বা খোঙলোই খঙলাহুনা )

১-বা খোঙলোই— মজা ঈবেম্মা না-য়েকপদি হাঈরম্ব। (হয়াওনা)

খোইবী— করি করি কমদোবা ঈবুং ঙাইবা ?

১-বা খোঙলোই— ঈবেম্মনা লোইদা লেঙখিদৈদগী ঈবুংঙোঙোন্দি হুকচাংবু য়াম্না করে। ঙরাঙ খাঙবা লহান্দো কাওজে য়াওইনে, খরিখো! ঈবুংঙোঙোনগী কোঙরাঙ লৈহৌগুম্বা খাবান অহুনা তোখোরকপা পুম্নমক পেম্নরুহুনা, লৈশাবী মো ময়াম্না পোৎলান-হৈরাম্নখিবহুদি। (ময়াম ঙক্লা য়েংনৈ)

খোইবী— ঈপু! পানা কাওজে খাম্নরবরনে? (খর চিংননা)

নাইজহনবা— হোই, ঈবেম্মা ঈপুদি চৎপমক্তি চৎলুদে তাবগুমদি তোই।

খোইবী— ঈবুং ঙাইবা! হৈরান-পোৎলামবা লৈশাবীহুদি মোই-রাং করি লৈকাইদেনো?

১-বা খোঙলোই— মজা ঈবেম্মা ঙাঙৌ লৈকাইয়োমদগী লৈশাবীনি, অমত্তবু নত্তে অনিনিনে; ঈবেম্মগী মখাদা— কজৈদা নুরা অনিহুম্ব। (শাউনা)

খোইবী— করম্না লাক্লি অহুদি?

১-বা খোংলোই— তাউজিং হৈরাং ইন্নি— অহুগা নুরাশিংগী খুৎ-মক্লা ঈবুংঙোতোনগী নাম্নদা লৈরাং চিনবীদো।

খোইবী— অওইবরা ঈবুং ঙাইবা?

১-বা খোঙলোই— অওইবনি ঈবেম্মা চিক্লি, তাউজিং হৈরাংহু ইন্নি।

খোইবী— য়াম্না চুংঙাইরিবোইরে! (খোইবীনা চুংঙাইতবা উহনা)
নাইজহনবা— মৎ! মচীন থীবা হাঙৈবনু। (২-বা খোঙলোইদা)
য়েয়ুহে মশি। (২-বা খোঙলোই ফুক হৌগত্ত্বনা কিশি শেন্মী, ফুগে হোৎচিল্লি)
খোইবী— ঙাইখো ঈবুং ঙাইবা। (খোইবীদা খুরুমগা)
১-বা খোঙলোই— মজা ঈবেম্মা বাকম সিমদি ঙইদবনী, ননাইনা য়েংজনিংলহনা কাগী হঙৎচবনী। (নোককেং ভৌনা)
খোইবী— ঈবুং! নঙসে ঈশৈককা তৌরম্নবদি কল্লনিদা।
১-বা খোংলোই— ননাই ঐ ঈশৈ তৌজৈ, ঈবুংঙোভোনগস্থ মরক মরক্তা ঔরাইনৈ; নহান শেন্দুবা মশেন-মবাই লেংঙকঅস্বহনা ঈশৈ ককা ঈশক শকলমন্নবে?
খোইবী— শকলম্মে শকলম্মে, ঈবুংনা তম্বীখিবা ঈশৈ ঙইয়ে।
১-বা খোঙলোই— হোই— ঈচিন ঈনাও ঔরাইনখিবনীনে। (ময়াম নোকই, তুমুরাকপা চঙলকই)
তুমুরাকপা— কদাই! মোইরাং অঙম্বা, তুমুরাকপা ইগাইকাদা খঙহৌদনা খোঙদোইরকপদি নবুংঙোম্মী করি পাঙ্ট পম্নকই? (ময়াম খুরুম্মী।)
নাইজহনবা— মভাও ঈবুংঙো মথং খনবনা মচা ঈবেম্মা লৌখৎ-লুরো লাকচবনী অঙম্বা। (হরাওনা)
তুমুরাকপা— হা-হা মমোম লাংলেন চুংশিনরুবোইরে। ঈপাগী লাংলেন!

খোইবী— ঈপা ঈবুংঙো।
তুমুরাকপা— ঈপাগী খোংলেন মণ্ডলানচাগী বা কয়দোই?
খোইবী— পঙ্গো ওঙ্গোক্লা চুমগ্রেদা!
তুমুরাকপা— চুম্বনিকো লাংলেন। অত্থু মুজা নঙনা নপাম লমদম কাবসে লম্মথাংদা পজেং খুরো চেনবগুম্বা থরা খোকউ হাঙ্গবা লৈ, মহু খোক্তনবা, নবুখো থাংজিং লাইগী লাইমাংদা ঈচানা শাবা জগোই কজে হাঙ্গনম্নু ভাই, শবাং লাইগী লাইমাংদা জগোইগী খুংথেক কংলম্মু; ঈপাম্নু ঈচাগী জগোই য়েংনিংই।
খোইবী— ঈপা ঈবুংঙো নমোম করি খোইনা হৈজবা নত্তে; মুংশিবীবা কনাগুম্বনা ভাঙনা শোম্নবীবা ওইরিনী। পঙ্গোগী য়াথং চিংঙু লাইগী সুমাঙদা জগোঈ খুংথেক কংচগে।
তুমুরাকপা— আ! মুংঙাইয়ে, (খোংলোইশিংদা) ভয়ুমশা! নখোঈম্নু ঈচানা জগোঈ শাবদা থোগন তৌগদবনী, চংলু শেম শারু। (১-বা খোঙলোই কি শেম শাই) তানয়ৈ শঙগী কনা কনা লৈ? ঈচাগী জগোঈ থোগন তৌরো, পুঙ-শেল য়ৈথংলো, তৌক্সি পেনা খোংকংলো। (খোইবী কি শেম শাই; নাইজহনবদা) অঙম্বা নকমলাংদা কম্বীয়ু ঈচাগী জগোঈ য়েংসি। (পুং-শেন য়েরে, পেনা তৌজি খোংলে, খোইবী জগোই শারে, ১-বা খোঙলোই খম্বগী জগোঈ শারে, ২-বা খোঙলোই নোংবানগী জগোঈ শারে; তুমু-রাকপা মুংঙাইবনা হোই লাউথরে। জগোঈ লোঈবদা।

কমপাক মমথয়ে।

## ৪-সুবা উৎপা— কুম্বী লৈশোকপুঙগী লম্বী।

### মতম— থুমিদাংবাই।

মী— নোংবান, শৌরা, ১-বা অমন্থং ২-বা খোঙলোই, থোইবী।

(নোংবান অমন্থং শৌরা তুংথ-মাংথা লাকই. শৌরা কিন্দা পুরকই।)

নোংবান— শৌরা ঈবো। অসিবাইদা ঙাইরসিরনহে ?

শৌরা— ঈভো শেন্নুংবা মকমসিবু করি লম কৌবগে ?

নোংবান— কুম্বি লৈশোকপুঙ হাঈবহুনিদনহে।

শৌরা— উম ! কুম্বিদা কুমহুনা থাথোঈ লৈরাং লৈবু শোকই হাঈবদি কংই—।

নোংবান— করিনোনহে ঙাঙলিবহুবু ?

শৌরা— এঃ ঈভো শেন্নুংবা য়ারে, ভোগদৌরিবা থবকা মকমগী মিংগা চানরে।

নোংবান— হোঈনে ঈবো, কিদাদো কজনা থাদৌনিকো। (শৌরা কিন্দা থাই, থরা কুই) কুহনগনু নিঙথিনা থাম্ভনহে।

শৌরা— শেমজগে শেমজগে। (নোংবান মশা-মউ কনথোক্লনা য়াম্না কে) ঈভো শেন্নুংবা !

নোংবান— কম্নিনো হাঈব্লনে।

শৌরা— মজা ঈবেম্মা লেঙঙ্গনি হাঈহুনা শেন্নুংবনা মনাও

ঈবেম্মশিংদা নপাম খোঙদাজগ্রো তাকপীবহ্নদা মহৈ মহৈ অপোম্বদা খুত্‌মনা শুবগুম হয়াওনহৌরে।

নোংবান— হাঈগদবনী ঈবো তানগদবনী, মখোঈগুবগা মজা ঈবেম্মগা লোম্নবা মতীক চাত্রো ?

শৌরা— হোঈ, অহুদা— মজা ঈবেম্মগীদমক মঙলিবা মঙ অসিনা হেক কাঈবা থোক, ঈয়াম্দস্থ তালোই অমত্তা লৈরমদা কহা মাঙ-খুজাই কাঈ হাঈহুনা খুৎনা শংলো মথেল লাঙ তম্না খোংহুনা হাবা তাগত্রা হাঈজবনী।

নোংবান— খুৎনা করিগী তম্না হৌহুনা চাজকনি ঈবো। মজা ঈবেম্মগী থাঙ্উদম মানবী খুত্‌না হৌবা অশেৎ-অয়াইবী মথেল লুককোই অহু চারগদবনীনে চারগদবা।

শৌরা— এঃ এং ঈঙো শেন্দ্রবা। শোঈত্রে হুংঙাইবীমু। (শৌরা কমথরে।)

নোংবান— শৌরা ঈবো। কজ্রিবরা য়েংউমহৈ ? শকয়েং মিং-শেলহ্ন মাঙদা থারো লাউনে, নবেম্মা লেঙঙকপনা হান্নবী। (পোং-য়োম খোক্লগা— )

শৌরা— পূজরকয়ে পূজরকয়ে। (নোংবামগী মমাংদা মিংশেল থান্নি।)

নোংবান— পে মায়েকপ'হ্নহ্ন অসিদা থরো লাউনে।

শৌরা— উরুমদা কয়বমজদা পে অমুক থান্নবদি— তিনি চুহিবা দুম্লগা হাব হাঈবহ্ন মঙাইরে হাঈহুনা মজা ঈবেম্মনা নোক্লমোইদ্রো ?

নোংবান— চুম্মীহাই ঈবো। লম্বী ময়াদা ঐখোই নৈ হাঙবা থঙনবদা অমুক থান্দুনা থম্জোহাই। (মিংশেন্দা শেম-শাদুনা য়েংই) কজবা হাঙববু অসি মঙাইদনহাই, মোইরাংদা মোইরাং নোংবান ঐগী মায়বা চুঙ-কীরান চানা কজবা কমা অমা লৈরিবগেনে খোৱা?

খোৱা— লৈতে ঈঙো শেলুংবা অতৈ লৈতে। অদু মিংশেন্দা মুমদি য়েংবীয়ু।

নোংবান— করি শোইরবগেনে?

খোৱা— ঈঙোজবরো?

নোংবান— ঊজেনে, অশোঙবা করি লৈরবগে হাঙিখ্রা?

খোৱা— অতৈ খোইদোকপা শোঙখদি লৈতে, অা কোথ কোথ কেপ্পা শেম-শাদুনা বা তাঙখাইদুনা চীনবান মখা থংবদো লেকথ-রক্না উকুল তৈগদৌরে হাঙজবনে।

নোংবান! মীনাই শকখীবশিদি। (হোগক্না শগোল শাজেনা খোৱাদা ফুগে তোই, খোৱা খিক্তং চৎথোক্লগা থুরু থুদক ফুম্দুনা লৈ, য়েংথোকখিবদা অয়াবদা মী থম লাকপা উই) হাই! হোগং-লুনহাই,— খেব-পুঙী কন্দনদা ঊাবখিশিংসিবু মী নত্রা য়েংলো লাউনে। (হোগক্ন য়েংলগ)

খোৱা— মানী, য়াবিদোদা ঈঙো শেলুখা।

নোংবান— অদুদি নবেম্মা য়াওত্রা য়েংউ।

খোৱা— কদাইদগী উবা থংগদগেনে ঈঙো শেলুংবা।

নোংবান— উবে হাঙবা? অদুদি চংলু, তেরা পাখী অসিদা

কাখৎলু; মসিদা কারবদি শেংনা উবা ফংগনি। (খর তম্রা)

শৌরা— তেম্রাসে ঐখোইগীদি য়েনহেন্না শোকইহে, অহুবু কারগন্ননে? এঃ ঈঙো শেল্লুবা। কবো নীপা অনিথক লাকয়ে। (১-বা অমমুং ২-বা খোঙলোই কবো কিজেৎ শেত্তুনা পোৎ-চৈ পুরগা লাকই।)

নোংবান— হাঈ হাঈ তম্বা নীপাশা। নখোইগী পোত্তো ঐগীদা য়োগদবনীকো।

শৌরা— করিনোদা মতা ঈচা চাদনা।

নোংবান— হাঈয়ুনে তম্বা নখোইবু কনাগী মনাইনো?

শৌরা— ঙম্বা চোপ্পরনিকো?

১-বা খোঙলোই— নঙদি কনাগী মনাইনো? লম্বীদা চংলিবা মীবু অহু-অদানী থঙদনা মীনাই হেক্তা হাঈবদি— নঙহুম য়োঙ্গিরা? কৈরগা ঈচা শান্নহনজেনে।

নোংবান— ঈ-য়া! মখোইশে চাউরেদ্রা, শৌরা ঈবো কাও মরু শুমু শাবমখৈ য়েয়ু, নোংবান ঈত্তীক থঙদয়াদ্রে।

২-বা খোঙলোই— লাউ লাউ, শেন্দাও মচা য়ানবা নবুক্তো পাংথোংচৈ অসিনা হুঙ্গোকে। (শৌরা কি শেন্নমরুগী হইগে; নোংবানসু য়ারবোই থঙহনা হুময়ে)

নোংবান— করিনো য়াম্বখোই! ফুংশিন্নুনা কন্নমবনী, লাউরু শাউরু, চিংনবা লৈতনা চংলু। ঐ বা অমত্তদি হংগে? করো কদাইদগীনো?

১-বা খোঙলোই— ঐখোঈ তুমুদগনি।

নোংবান— মদা ঈবেম্মা খোইবী হাঈবীদো নংখোঈবু খঙ-লাকপ্রো ?

১-বা খোঙলোই— করিগী খঙদনী, নঙদি খঙব্রা ?

নোংবান— ঈ-য়া! ঐগী তালোঈনিদনা।

২-বা খোঙলোই— কবোয়াই হৌবী মাইয়ংবীছুবো, লাকহৌরিবনী কবোয়াই হৌ-হৌছুনা।

নোংবান— কবোয়াই হৌই হাঈবা? তাইবো য়াম্বখোই। কবোয়াই হাঈবা লাঈনাছুদি কবো নখোঈগী মনাংকী লাঈনানী, কম্বি ভোরগা কনগে, খঙলবদি খরা তাকপীরম্মুদনা।

২-বা খোঙলোই— করিগী খঙদনী, অছুবু তরাই তরাই হেক তাকখোকপদি য়াবরদো। (২-বা অমত্তুং ১-বা খোঙলোই মখোঈ অনি মিং খংনৈ।)

নোংবান— হাই শৌরা! কদাই তরেং শেঙা পুখোরকউ। (শৌরা কৌজিদগী খোক্‌না পী।) সে সে য়াম্বা! শেন চাম্বনিকো, সি পীরবনী। (শেল পী, ২-বা খোঙলোইনা লৌই কৌজিদা কিরগা তুংলোমদা হাইগংখি; ১-বা খোঙলোইনা তুংদা লোয়া খোক-লগা কৌরেদা রেপশিনখি।)

২-বা খোংলোই— সে সে লাঈনা লৈ হাঈবগী লাঈবা হাঈবনী। মীতোম্নদি তাকউহ্— লাজোই শগোল তোংছুনা য়াঙনা বাংলেম থরদং মানঙ ঈটোক খোনবদা হুখিবগুম অনাবদো খঙহৌদনা কখিগনি।

১-বা খোঙলোই— খোইবী হাঈবা খোঈচৎনবীদো হুংশিনহুনা তাকপীরমদবনী। নহাকী তাম্লোঈমী হাঈবত্থদা তাকপীরবনী। লাঙ্গোইস্থ য়াওরিদনা। (২-বা খোঙলোই ফীভিদা পৈশা য়াওরে হাঈবা থঙলে, ১-বা খোঙলোইগী ফীরৈদঃ লৈবা উরহুনা তুমিন্না শৎলি) চৎলে চৎলে ঐখোঈ। (অনিমক চৎখি।)

নোংবান— হাই শৌরা! নবেম্মদো সনা হকচাংস্থ ঈহোঁই হাঈরি তেরাসি কাথৎলু. কয়া রাৎলিবগে য়েংউনহাই।

শৌরা— ননাই ঐবু, তেরাসি কাদবা ঈয়ামক য়াররোইদ্রা?

নোংবান— থীল্লবনীনে, অরাঙবা পাম্বীদি তেরাসিদনী, কাত্রিত্রা? (শৌরা তম্না তুং হন্না হন্না থোকখি তেরা কাঈ) হো অহুনিদনা নীপা হাঈহুনা, কাথৎলু থরগা কাথৎখো, থরগা কাচি অহুকাও কাথৎলুনে, হো— অহুনিদনা। মুন্না য়েংউ— নবেম্মা লাকপা উত্রিবরো? (মপান্দগী)

শৌরা— ঈঙো শেল্লুংবা! মজা ঈবেম্মা থন্দোককম থঙরে, মী কাঙলুপ অমদি লাকলে।

নোংবান— কন্নিগী থঙদনী, অতৈদি তম্বা নীপাচা ঙাক্কনী, মজা ঈবেম্মদি মদোমনী, অহুগী মথক্তা কনেক খোঈদোম শেৎপীনী।

শৌরা— খোঈদোম শেৎপদি কবো ওয়্মক শেৎলি।

নোংবান— হো! চুম্মিনে, কবো বাবৈ রেপ্তেনা; হাঈ শৌরা! মজা ঈবেম্মুদি ওকশাবী লাইবক পানবা মাঈখোঙদো শন্নাং কোঈ-কক্লগদবমী হাই।

শৌরা— ও! ঈবুংঙো শেন্দুবা! মজা ঈবেম্মা লেঙঙকয়ে।

নোংবান— হা? শৌরা!

শৌরা— লেঙঙকয়ে-লেঙঙকয়ে, লৌ পরি ৭/৮গী লমদা ঙাঈরে, অয়ো ঈমা! (শৌরা ভেরাদগী লোংনা তারকলে) আ··· ···· ···।

(মথোঙ ক্রিং ক্রিং কাওই।)

নোংবান— শৌরা! শৌরা! করিনো ভৌরিবসিদি। (শৌরা মথোঈদা শুরু শুরু নোই, নোংবান্না শৌরাগী মশা তাপ তাপ পাঈ-হুনা য়েংই) শৌরা! করি ভৌরবগে?

শৌরা— অয়ো ঈমা! ভেরা ককৃচেংনা চিকয়ে।

নোংবান— কদাইদনোনহাই?

শৌরা— খোঈ অতোঙবদনে।

নোংবান— খোঈদা ভেরা ককৃচেং চিক্লবা? (হৌগত্তুনা লৈতুম থুন্নগা হুনগৎলি) হা! ঈপা শোরায়েন! নঙগী হুই কারুবিনা চিকয়ে, হীদাক থাদবীরকউ— (লৈতুম থুন্নগা) ই-শুঃ ধুঃ ধুঃ ধুঃ (শৌরাগী মথোঈদা নোইশিল্লি) থরা করবা? (খোইবী লাকপা উই) মজা ঈবেম্মা মজা ঈবেম্মা! লেঙশিনবীরকসি। (শৌরা থঙপ্রেক থংনা হৌগৎলি, কি রোল শেমজিল্লি, খোইবী চঙলকই, নোংবান কিদাদা কমথে, ওই থংবা নাকন্দা ফিদা মথুংনা কনথোক্লগা। শোমদা হেক্তা লেঙশীল্লকলো।

খোইবী— এ! অগুম্ম লৈজগেদা।

নোংবান— কৈদগী কৈদগী, লেঙশিল্লকউনে সনাহল। (তাং ভৌহুনা)

থোইবী— সোমদা হেক্তা কময়গত্রনে ?

নোংবান— কময়গদবনী কময়গদবনী, ঈবেম্মনা লেঙশিন্নবা ননাই শৌরানা থাজরিবনী।

শৌরা— ঈবেম্মা ননাই শৌরানা থাজবনী, শেম্বদি ঈঙো শেল্লুংবনা শেম্বনী; লেঙশিনবীসি লেঙশিনবীসি। (থোইবী নোংবানগী ওইদা কময়থে।)

থোইবী— ঈবুং শেল্লুংবদি মকমসিদা কৈদৌবীরমলিবনো ?

নোংবান— হঃ হঃ— মজা ঈবেম্মা, মনাও ঈবুংঙোগী য়াথংনা মকম-সিদগী ঈবেম্মবু ওক্লগা, অঙোম ঐগী ঈরান্দা লেঙশীন্নবা তাকপী।

থোইবী - (ভাং তৌহনা) হাই-মা! ঈতৈনা বানা ঙাইবিরম্মেদা। (শৌরানা থাউদগী লৈ থরা লৌথংলগা থোইবী-নোংবান অনিগী মথক্তা চাইথংলি।)

নো বান— হাঈ-হাঈ শৌরা ঈবো! লৈগী নোং চুরেনহাই।

শৌরা— ঈঙো শেল্লুংবা! ঈবুঙদগী ঈতৈ ওনথিবহনবনে। (নোং-বান থোইবীরোমদা থরা থরা চঙশিন্নি; থোইবী হল্লোকই।)

থোইবী— ঈতৈ! ননাওদি কবো লাঈনা লাঈকোকচন্নি মীনম তাবা য়াদে, লাঈনাসিনা হয়েং তুংফাওবা নাঙশোয়হনা মীঙই চারবোইজ্রা চিংনবে।

নোংবান— করিগী অছুক চিংনবগেনে সমাহল, অঙোম শীঙ ওইগবু কবোয়াই য়ামা কৈদৌচরনী।

থোইবী— হাই-মা! ঈতৈদি মাইথকাহ্ শাথিন্নিবোয়ে ? (নোংবান

মখুত্তা লাইবা শোল্লগা মমাইদা তৈ )

নোংবান— হি-হি মজা ঈবেম্মা! মজা ঈবেম্মা। করিস্থ লৈতবা লাঈনানি। তাউজিং হৈরাও-লৈরাং য়াওরকই, হৈরাও হাথো লৈরাং চিনখো, হাই শৌরা! নওসে বা খওদেদকো।

শৌরা— পূম্নমক লৈজরে ঈঙো শেলুংবা। (পোংয়োম পুশিল্লকই)

থোইবী— ঈতৈ! হৈরাও চাজ:রাই লৈরাং চিনজখিরোই, হৈ-লৈ মনম তারগা হেন্না অনাবা চাউরকলে। অ-য়ো! (থোইবী মরু লুকথখি।)

নোংবান— আ ঈবেম্মা ঈবেম্মা লৈমা কদেং ভানবী! শৌরা! হৈরাও লৈরাং পুথোকল্লো হাই। (শৌরা লাপ্পা পুথোকখি।)

থোইবী— হোরেন অঙোম কোম্লুং য়োরগা লৈরাং চিনজগে হৈয়াও চাজগে, ননাওদা লাঈয়েঙহ্নু তাকপীয়ো, পাম্মু' নথোঙ শেংবা কংদনা লম্মখাওদা য়াইবী মাঙলগক্রা চিংনরে।

নোংবান— শরীশো! হুংশিরেদকো। অহুদি শীজ! লাঙ্গোই তোংবককাদি?

থোইবী— ননাওদি পোকপদগী লাঙ্গোই তোংজরক্তি, অহুবু অনাবসিবু কপনী হাঈরবদি মুপীমচা থোদাং য়েংজগে।

নোংবান— ঐনা লাঈবা অমতং শোল্লগা লাঙ্গোইসি তোংলবদি, কবোরাইদি কবো মরৈপাক্তা হলহোৌরগদবনী শীজ।

থোইবী— ঈতৈ থয়া থুনা শোনবীয়ো। ( ভমদনা নোংবানগী মরেংজুমদা ভাথৈ। )

নোংবান— হায় শৌরা। নাঙোই শারুক হাপকংলু থীরে। (শৌরা থুনা থোকখি; থোইবীগী নবাই লেপ্লদা)— অ-ইবেম্মা! ঈচে শোনগেকো— হুঁ তীনবীরেন শিরে হাঙ্গ! তং-সং, তাউ-মোইনাই নবে মাচিক্না লূপলো হাঙ্গ, ই হুঃ খুঃ-খুঃ ই-হুঃ। থমখিং মাংবরা শীজ? (শৌরা চত্তলকই।)

থোইবী— থমখিং মাংবগুম তৌই।

শৌরা— নাঙোই থৌরাং লোইজরে শন্নু বা।

নোংবান— নাঙোইথক্তা লেগুথংসি মনাইল। (থোইবী পোং-মোমদগী কা থোক্লগা)

থোইবী— ঈচে! শেম্বী তুকতাক মনা হাপ্পবা মনা শিদি লাউ-বা কাগী খুদপনী হাবীয়ু, ঐদি কবিহ্ন মাওথক্তে।

নোংবান— মজা ঈবেম্মা! থাপ্পা পুবীরকরেদকো। (লৌহুনা হরাওনা চাঙ্গ) লেগুথংলো নাঙোইথক্তা। হায় শৌরা! নবেমগী থৌগল বা থগুদেদকো। (থোইবী-শৌরা থোকখি) থোক্‌-থোক্‌, তপ্পা সনা তপ্পা, হে! খুজীহ্ন পাঙ্গথংগীমো, মামী মানৌ। শাক্তে কম্মা থাবীরক্লুকো মনাইল! নাঙোই তোংবু মাম্মা হৈখিনে, এঃ এঃ ঈবেম্মা কম্মা থোমরে; শীজ কম্মা থোমরেনে। হাঙ্গ শৌরা! নবেম্মা তাবা তারেনহাই। (কানা মকোক তাওরে ফুমদোনে, শৌরা চেনশিল্লকই, শৌরাদা তাই) শৌরা নবেম্মা তাবা-তারেনাই।

শৌরা— ঈচো শেল্লুংবা! তারোইরে তারোইরে। মজা ঈবেমদি নাঙোই খুরুপ থাহ্নুনা থৌরবনে। (নপান্দগী।)

খোইবী— খোইরাং নোংবান কোওয়াখ্রা। ঐদি চৎলে লৈহৌরে, লৌয়্যা চৎপা নত্তেকো কোংনা চৎপা সুপীনী।

নোংবান— ও ইবেম্মা! ইবেম্মা! শৌরা নবেম্মনা কৌরেনে!

শৌরা— কৌবা নত্তেরে ঈওো শেন্নুংবা, চৎলগে লৈহৌরো হাইরম্বনে।

খোইবী— লৈজহোরো কোংয়াখ্রা, ঐহাক্তি খুমন নবুংতোতোনশীদা চংলবনী; ওসি কোরৌ সুমিত্তা কুম্বিদা ঈতৈ কৌরম্বা নিংতোনবু লৌবা শকচরো; চৎলে চৎলে কোওয়াখ্রা।

নোংবান— হো ইবেম্মা! ঈতৈ লাকয়ে ঈতৈ লাকয়ে। ঐদি মাংতেদনা, শৌরা! অয়েঙ্বদগী লাজোই তোংহল্লুরেদকো হো ইবেম্ম ইবেম্ম! লাজোই থাবথো; ঈতৈ লাকয়ে ইবেম্মা ঈতৈ লাকয়ে।

শৌরা— ঈওো শেন্নুংবা! কৌবা নত্তেরে।

নোংবান— মীনাই শকথীবসিদি, মনাদি তাথীরগা, লৈজহৌরোহাই, হো ইবেম্মা ঈতৈ লাকয়ে ঈতৈ লাকয়ে। (মথুং থাজত্তুনা নোং-বান চেনরে, শৌরা মুয়া য়েংলগা)

শৌরা— হে থাংজিং কৌবা লাই! মুংশি শক্তা তাওবা মীং পান্দু পাউদা পওবা না, শৌরা ঐদদি য়েংবা তাবদা ওইজগে। (থাংজিংদা ভনুলো খুরুম্মী।)

কণ্ঠাক মরখে।

## ৫ সুবা উৎপা— লাইরপণ্ডগী মাঙ্গোল

### মতম- য়াচংবা মতম।

মী— খম্বা, থোইবী, খোইরী, ১-বা অমসুং ২-বা থোকলোই, নোং-বান অমসুং শেম্ব।

(খম্বা হুংতক-হুংজাননা কোইচৎ-চত্‌না লৈ, থোইবী মাঙ-শোক্তা কমছনা মোইথাপ নাইছনা লৈ, মরক মরক্তা মৌপ্‌ন্গী মতো য়েংই।)

খম্বা— ঈচেমচল! পম্বোনা পাঙ্গবগী থাও, হাকথংতা তিমের মথুংতা অমকাওবা ঐখোয়গী লৈতবরনে?

থোইবী— করিগীবোনে ঈচু থিংখৌ?

খম্বা— মোইরাং নোংবান লাম্বা পাজগে। (শাউই।)

থোইবী— অহনবা হাইপম্ব ঈবুংগো, লৌশিং চাউবী ঈচম্বী করিগী মেহুক চিংনবগে? নোংবান মাগী মতীক্তা ঈচম ঈবেম্বা কাবদি থইখোক্লমনী, য়েংউ শোঙ্গমনা নাহোরকনী; মানিবু হেক-মথোঙ্গ-রবা ঈচেম মোইরাংদা লৈরমোই। তৌহু-তৌহু ঈবুংগো, কেগে মোইরাং লৈবাক্তিনে নোংবান মাগী মচা-মনাইনা লৈরিক লৈরাক থনবনী; ঈচিল-ইপা 'খোঙ্গীদি নদোম-ইকোমমানিদো। মতমা অহনবা তৌবা তার-তাগা অভোমনা হুকাইরোইকো।

খম্বা— লাইরবা ঈচিল-ইপা মোইরাংদা লৈবনু অত্তোম মখোঙ্গী

মচেৎ চাহ্নবা হিংবরগে? করিগী অহুক কৈথা নোনবা শাওম হিং-
জরুদগে, নীপা শামান-লেংবাম্বনী থবাক চুওইনা পাম্বোম তা
ওইনজগে ঈচেমহল। (শাউবা হৌগত্লা।)

খম্ব— ইচু নিংথৌ! নচীন-মরা হেনগম্ব, লাঈরবী ঐগে নওগী
কনানো থওরা?

থবা— পুক্লম-পম্বো শরুবী ঈচেমনী। (কপ্লা)

খম্ব— মোইরাংগী নওগীদমক্তা ঈচেম্মা কয়াগী মতীক বাবগে হাগী-
বদো থুমন মওদি থওরবোই, ইচু নিংথৌ নওনা পীক্তা পীক্লিকৈদদি
কয়দ্রি। শম্ব পাক্লগ চাউরকপদগী হৌজ থেংথাং কয়ামক্তা শাওই
লালোইনররিবা। মতম অহৃদা পাউদমকম থওদা পাউতাককয়দি
লৈতা লাইরবা নওগীদমক্তা পাইবা মুংবংননা অহিত কয়া থিংলেন
থাওরি; তরা চাবা কাউথিবনী। পুম্নমকসে পম্বো মাবু লৈতরো
পলেমদম্ব লৈরম্ব, কদাই— ঈচিম ইপ্াগীদি? মোইরাংদা ঈপা
মরী, কেগেজা ঈমাগী মরী লৈত্রবনিনে ইচু নিংথৌ। ঈচিম-
ইপ্াদি লমজানিমে লমজা। (মপী ভৈথোক ভৈথোক্লা) ঈচেম্মা
হাইবা ইমুক্তা ইচু নিংথৌ। লোইদাম থাবুম মদি কাজিদো শামু
থোইগী বাথোক। (-খম্বা শাউই নিংশিংদুবদা, মথা ক্রক ক্রক
চিকই) মতম্ব অহুদা লোইমাই মওবু ঈচাউ পাকৃতা ইমু পাম-
লোমম্মহুবা শিবা মচিং থাক হনোক্রবনী। হৌজিককাওবা শমু
উনথা কুমাংবান তাইপিনবনকপু লোইলদ্রি।

থবী— তোকপীরো ঈচেমে! নিওশিওদুরগা পাইবা পীবুকহংলি

থাম্বী মৈখোয়ে, নৌপ্‌া চংখোকচয়ে ই।

খম্ব— চংলে' চংলো, শঙ্গাহ লৈবত্থন' ''য়া চেপজিন্থ লোইখোকউ। (খম্বা ঈমুংদা চঙগে ত ই; খম্ব মোইশাপ নাইবা কয়থগে তৌই, মপান্দগী থোইবীনা)—

থোইবী— মীরম্বগী খোঈরোঈবু নিরাই-তামগী পাম্মুবা! নবনাই মোমন্থ ননেমচা কবো তাবী কারকলে। পম্বোগী য়াথংনা লীরী ওই, পামদ হুদৈবা নোংবাম তেন ওইনা কাপলকলে, পানগদৌরে ননাওদা। হুগী তেনবু কিবনা ননাও লাঙ্গোই তোংহনা চেপ্লয়ক্লে লোঈয়ুম্বা। খবাক চুঙওইনা পাম্বোম তাবু ওইহনা তেনজৈসি য়েথেকপিরয়ো; মুপীজা পাঙ্গল ওইবনা লাঙ্গোই থাম্বন্থ ওমদরে, পাম্মুবা! লাঙ্গোইসিন্থ কাবীয়ো। (খম্বা ঈমুংলোমদা মমাই লৈশিনল্লে, খম্ব থোইবীনা লাউরকপা মাইকৈদা চঙশিল্লি) মাঙ তাবীত্রবরা লাঙ্গোই থাম্বা ওমদরে, ইরৈ কনবা ঈচেন্দা শাজৈ নৌবু ওইহনা লাঙ্গোই হিবু ওইরকই, ইরৈ কনবা ঈচেন্দ কনজহৈবা পাম্বোম পাজম্মা থংলেন কাঈদোঈ হিসি কাবীয়ো। (খম্বা তুমিল্লা লৈথোকলে।)

খম্ব— ইহ্ন নিংথৌ!

খম্বা— ঈচেমহল।

খম্ব— কৈদৌরি? ঈচেবু কারু হাঈবরা?

খম্বা— ঈচেবুহল ঐ কাজরুগে। (খম্বা চেম্বোকখি, খম্ব হরাওনা য়েংহৌই) মজা ঈবেম্মা শোঈবা তারে লাঙ্গোই খুজিন্থ কয়া য়ৈথংপীয়ু,

হো-হো মানী-মানী, খোক খোক; কৈদৌরিবগে মিং পাওখোকপীরো।

খোইবী— লাঙ্গোই কাবীরবগো ?

খম্বা— কায়ে, মজা ঈবেম্মা লেওথবীরো।

খোইবী— ঐদি কোক য়াম্না ওাওয়ে কূমথবা ওয়রোই।

খম্বা— কূমথবা ওয়রোই থাংথৌ হাঈরিবরো ?

খোইবী— থাংথবীত্রবদি লাঙ্গোইথক্তা অদুম্মক লৈগো হাঈবী-রিবগো ?

খম্বা— হোই করেনে। (খম্বনা খোইবী থাংথগ্রে, খম্‌নুনা মিত্তা পি ভাই চিনবান্দি হয়াও মোমোন ভৌনা য়েংই; খোইবী খম্বদা ওাহুনা চওলকই।)

খম্‌নু— ঈবেম্মা লেওশিনবীরকপি। (খম্‌নুনা কোন্দুনা ওকই) ইছু নিংথৌ! থুদার্সি— (খম্বনা কিদা থাই) লাঈরশওদা খোও-দাবীরকপনিনা ভৌরাংককসিদা ওহাক পোথাবীয়ুকো।

খোইবী— ইনম্মা! ভেরাগী মোন্দুম মোস্তেক্তবু পাম্বত্তরমলবদি নচলদি শেম্বী মীচাক চাবমলোইদবনী। (খোইবী কমথৈ, ১-বা অমসুং ২-বা খোওলোই পোৎ ময়োম অমমম পুহুনা চওলকই, উবদা খম্‌নু হুংশা থীনা)—

খম্‌নু— মোইরাং ঈবুং ওাইবখোঈ, মনাও ঈবুংভোগী করি পাউ ওইরবনো ?

১-খোওলোই— থুমন চহু ঈবেম্মা, মনাও ঈবুংঙোগী য়াথং পুজ-রকপা নত্তে; ঐখোঈদি মজা ঈরেম্মগী অউন পোৎ পুজরকপনী।

থম্ব— তম্পাক য়ুমগী পাউ নত্তবা? অউন পোত্তি করোমদগী?
খোইবী— ঈনম্মা! ঈপা তুমুরাকপনা ঈচল ঈনিং ঐখোইগী চৌনা নোংমাইলাদা য়ুমগাবদা হৌদোরবা হাঙ্গইহুনা পীবীরকপা পোৎ-চৈবী। থম্মু থম্মু ঈবুংখোঈ, হায়রিবী পোথার। অতে নাইজ-হুনবা ঈপুখোঈদি?
২-বা খোঙলোই— লোইনা য়ৌরকপনী মজা ঈবেমা। (মখোই অনি চঙখি, খোইবী হে গত্তুনা)
খোইবী— ঈনম্মা! পোৎ-চৈসে কদাই কদাঈদা থমজৌ হাই-বগে? (থম্বা তিংঙক মাইঙক য়েংহুনা কমলগা হুমাই হুমহুনা লৈ।)
থম্ব— ঈবেম্মা ঈনম্মা লোইশিনজগে। (মথুৎ নাম্ম নম্মনা পোৎ ময়োম থাংজিল্লি) অদুগা ঈবেম্মা ভবা হৌনবা শংলো মথেল লাও-জগেকো।
খোইবী— ঈনম্মা ঈনম্মা! (থমস্থ ঈমুংদা চঙল্লে, থম্বরোমদা) লাঙ্গোই মাবু কাবদা পাথওগী পাঙ্গন য়েংজনিওহুনা,... ... ... ...
থম্বা বাবীল্লে বায়ৌগ্র ননাও হকচিক খৌগন তৌজগে। (থম্বগী কমকম ময়াদা থুকউ লৈতানা ফম্নগা থম্বদগী হুমাই লৌহুনা হুম্মী, থম্বা য়েংহুনা খোইবী নোকমি নোকমি তৌই; অরাপ্পদা নোংবান লাকপা উই; পোৎয়োমদগী কা মতপ লৌখোক্তনা)— লোইয়ুম্বা নওগীদমক্তা শেম্বী নীরৈপুওদগী তপচরকপা কাগী থুদপনি ননাও অমুক্তা ইনজগে। (থম্বা ঈপও পওনা ময়া কাথৎলি, খোইবীনা নোংবানগী মমাংদা লেপ্পহুনা কা হল্লি, হুমাই হুম্মী। মতম অসিদা

নোংবান শাবল নাকন্দা য়ান্দুনা চঙলকই, থোদোক অহু মিহৌনা য়েংই মাহু শগোল শাজৈ মথোক অহু ময়াদা ছুকই, ক্রক শাঙ্গী, থঙপ্রেক থঙই, নামনগ্রহুনা গুগত্তুনা মপান্দা থোকখি। মপান্দগী)

নোংবান— হাঙ্গৈ হাঙ্গৈ ঈতাও খম্বা! ননাক্তা লৈরিবহু মঙ্গা ঈবেম্মা থোইবী নত্রা? (থোইবীনা খম্বদা ইঙ্গিৎ তোই)

থোইবী— হাঙ্গৈ হাঙ্গৈ ঐগী ঈমিং পল্লিবা তম্বা নঙবু করি খুন্দগী শিল্লংবনো? নবুংঙোগী থোগন তৌরি লাঙগনু। নঙনা গুনিঙবা থবক্তু চঙলক্তুনা হাঙ্গৈবো লাউ।

নোংবান— নত্তে নঙবু কুম্বিদা ঈতৈ কৌরম্বা তালোঙ্গইহু নত্রো? নথোঙ্গ নিংথৌ মচাগী নরমচৎপু অাসয়ো?

থোইবী— হাঙ্গৈ হাঙ্গৈ মোইরাং কোঙয়াম্বা! নঙবু ঐনা কুম্বিদা ঈতৈ কৌবদি লোম্না চৎনিঙদহুনা, নথুবাক্তগী নাম্থোকপা য়ানবা নমিত্তা উফুল চাইবনী। ঈতৈ কৌববু কৈদোবগে?

নোংবান— কুম্বিদা ঈতৈ কৌবী। ঐথোঙ্গ য়ুমদা চৎলসে।

থোইবী— কুম্বিদা ঈতৈ কৌরম্বা ঐবু লৌবা শকচরো-তস!

নোংবান— হাঙ্গৈ ঈতাও খম্বা! নঙবু ঐগীনী মীগীনী থঙত্র? করিগী ননাক্তা থম্মি, লাক্তুনা ঈল্লকউ থুদোল লৈতদনা ঈন্দুনা পুথিগে। মপুরোইবা মশক থঙদ শারদনা! (শাউনা)

থোইবী— ঈবুংঙো তাবীরিত্রা?

খম্বা— তাঙ্গৈ।

থোইবী— কা-য়াম্না হেজিল্লকদৌরিমাল্লে, করিনো খমদহু হাঙ্গৈবীয়ুদনা।

খম্বা— তাবরু ফনা মুংঙাইরিবে।

থোইবী— শামু খোঙগী লমন্দো কাউবিরব্রা ? ঈমিংসি থীংনা য়েংজগে ঈমাঙসিদা লমন্দু অমুক্তস্থু খুম্বিয়ুদনা। (শামুখোঙগী বা পল্লকপদা খম্বা শাউনা ফুক হৌগত্তুনা— )

খম্বা— উম ! ফরে,— হাঈ হাঈ হাঙব ! নত্তবু ঈবো করি খুন্দগীনোনেনহাই ? খালৈ অথুম্বা থক্ য়াংলৈ অয়াকপা চাহুনং ভাওহব্রা নত্তবো, হৈগাং লমগাং কৈদেনো চঙলকউদনা, হুকচিক ঙহাক লাংলখো ছীদাক মনা শাঈজরে; দোলাই লেং ওইনিংব্রা, ঐ শীজ মতৈনিনহাই, নবেম্মসি ফজব্রা য়েংজরখোদনা। (চঙলক্তুনা)

নোংবান— ঈতাও খম্বা। কোঙয়াম্ব, ঐনিনে, শাবনসি নত্তদি শেম্বুং ওইনা উরবোইরে। শীজদো লাঙ্গোইনা মফম খত্তদনা পত্তপু পুল্লমাল্লে, ঐ লাক্লিঙৈসিদা পুজল্লগে, হোরেন ঈতাওনা বান্না খিল্লরনী।

থোইবী— ঈবুংঙো চোইরোন য়াম্না লোনগদৌরি, শামুখোঙগী লমন্দো শিংবীরো নবাউ অমুক্তদি য়েংজগে। (খম্বা ফি শেম্মী)

খম্বা— চীঙ্খীবা ! ঙসিদি চেনগনু, নীপামচা ন্নোংখাইগে মপু মচা নোংদমগে। নোংমদা পোকপা মচানা অনিরক শিরা হৌনদে, লৈখো চেনগনু।

নোংবান— হীঃ শামুখোঙগী লম্মন লৈরিনা ! (শাবন হাইগত্তুনা পুনা চেনখি।)

খম্বা— লিন্দা অত্তুনমু ওক্তা তেম্না খাবশাই। (থোইবী

নোক্নুনা য়েংহৌই। মপান্দগী)

নোংবান— হাঙ্গী হাঙ্গী লাঙ্গীর’মচা খম্বা! (খম্নু ফিংনা থোরক্নুনা ভাই।) হন্দক্তি খাওউদো, নোংবান ঈতীক খওহনগে— মজা ঈবেম্মা থোইবীদো খম্বা নওনা ওম্মে লো, ঐনা ওম্মে লোগেকো।

খমনু— করিনো তারিবসিবু ঈচু নিংথৌ! কেগে রাথোক ওইবা তায়েনে লাঙ্গীরবা লাউ চওলকউ। (মথুং পাঙ্গীহুনা চিংশিল্লি, খম্বা মকি-ময়োল শেমজিল্লি; অতোপ্পা নাকল অমদগী শেম্নু মকোক্তা পোংয়োম অমা মথুং অনিদা পোংয়োম অমমম পাঙ্গী, ময়েঙ্গান্দদু য়ানবা য়াবা পোং য়ান্দুনা, পোং লুম্না পুহুনা চওলকই)

শেম্নু— হো ঈবেম্মা! ননাই শেম্নুদু লাকচরে। (ময়াম ওক্লা য়েংনৈ।)

থোইবী— অচানবী! করিনো নওনা ভোরক্লিবসিদি?

শেম্নু— পাউ কোয়' তমজগে পোংসি অমুক্তা থাবিথো। ও ঈবুংঙোতোন! ঐবু শক খওবীত্রবরো? কুম্মে য়েংবগুম য়েংবীরিসিবা। (খম্বা-থোইবী নাকল অমমহদগী পোং থাই, খমনুনা কোক্কী পোং থাই)

খম্নু— ঈতা লুম্না পুরকলেদকো। (শেম্নু-থোইবীদা থুরুম্মী, থোইবীনা কোনখংলী)

থোইবী— অচানবী করিগী অস্তুক য়াম্না পুরকপগে? নয়াওনা কাংলিবা! ঈতা! নওদি চাদ খক্ত বোই। (থোইবীনা শেম্নুগী

মশম-মনা নানবী, শেম্নু মপু-মনাই কপমীম্নে। )

শেম্নু— ঈবেম্মা। শেম্নু কোবী ননাইদি ঈবেম্মগী থৌগন তৌ-জরগভা পেনজবা ননাইম্নবীনি; অদুবু ঐদি থমথরো, লোইদাম থাজ অহুম হাঙীরবসে বিভেতান খুৎমম্না শেমজবা হৈকোল-লৈ-কোন্দা শীভেন-লৈরাং লৈশাং তমদরে, তাউজিং হৈজিং কাম্রবনী। ওসি কোবা মুমিত্তগী ননাইবু নুরা নাক্তগী থাদোকপিরগদুকো।

(কপ্পী, মপি তৈথোক্লে। )

থোইবী— অবাবা কোকলে ঈভারোঈ, কপ্পগদু ঐদু কপ্পরোই; চান্ন খুৎপাঈ চেৎপী ঈভা নত্তবু করিগী থাদোকউদগে। তম্মু পাবুঙগী য়াথং করি ভাকপীরকই?

শেম্নু— অভোম নোংবান্না পাবুংদা মজাঈবেম্মা মাণ্ডে সজাঈদা য়ৌরক্লত্র হুঙৎলৈ, পাবুংনা লাক্তে, ঈচা থওনবা থিরকউ হাঈথি। ঐনা ঈবেম্মগী নাক্ত চৎনিঙবদু পাবুংনা থঙলদুনা, হাজী শেম্নু! নবেম্মদি শোমদা লাকনি হাইবা নীওত্রে, চৎনিঙলবদি থুমন মরাম্দা চৎচম্রো, পুনিংবমথৈ পুজথো ভাকপীরকই।

থমম্নু— নোংবান বাঙোন শঙাই য়ৌরক্লমবা! ঈভা হৌজিক্তম্নু সিদগী য়াম্না শাউনা চৎম্রিবনী। ইদু নিংথৌ! চৎলু ঈবুংভো, মোইরাং নোংবান হাঈবা নীপাদো তীংভীগুম লৌওনবা থরাগুম মীপুক হুবা ওম্বা নীপানি; তোক্লোই বাকমসি লেম্মা। কোয়ৌ নারন চাম্রউঙসিদা পম্ভোগা ইমান নোংথানগা অনিদা বাকমসি লোইনা তমদুনা ভাম্নরু।

খম্বা— অহনা ফগত্রা ঈচেমহৈন।

থম্বু— থীগ্নবনী ইহু নিংথৌ। (থোইবীদা)— ঈবেম্মা! তম্বা হৌনবা ভৌরুখিগে, নপু-ননাইস্তু থৌবোম কাদা লেঙশিল্লো।

থোইবী— ঈনম্মা ঈনম্মা! (খম্বু ঈমুংদা চঙখি, খম্বা মপাল-লোমদা চংখি, থোইবী খম্বনা চংখিবা মাইকৈদা তুংইন্না চত্তুনা লাপথরবকাওবা থুনিং কা:না য়েংই; শেম্বুনা থোইবীগী মতৌ য়েং-বদা নোকই)

শেম্বু— ও ঈবেম্ম:! অমুক হন্নকখিগদবনে। (থোইবী থ:প্রেক খঙই ঈকাঈনা নোকই, শেম্বুনা চিংহুনা ঈমুংদা পুশিনখি।

## কম্পাক মমলো

## মাঈথল থাথখ্রে। Drop (1)

# অনিশুবা তাঙ্কক

## ১-বা উৎপা— কেগে চৈরাপ

### মতম— অয়ুক।

মী— নোংবান, চৈরাপ শঙবা, নিংথৌ শেনবা, শৌরা, থাঙ্গয়াকপা, তোলোংথোম্বা, চিংথুবা, নাইজহনবা, চাউবা, নিংথৌ, থোংলেন, থম্বা, মুবা, ফুবালাগী অহন।

(নোংবান ফিংনা চঙলকই।)

নোংবান— কেগে চৈরাপ শঙবা কনা কনা লৈ? (মমুংদগী থোরক্লুনা)

চৈরাপ শঙবা— শেলুংবা ঐথোয় লৈজে, করি তাকপীগদবা?

নোংবান— মোইরাং য়াইবুং য়ৈয়ু।

চৈরাপ শঙবা— ময়ম করিগীনিনা?

নোংবান— করি-করা থিকদে, ঈনিংথৌগী য়াথংনী থীজে য়ৈয়ু।

চৈরাপ শঙবা— করি য়ানো শেলুংবা, ঈনিংথৌগী য়াথং ওইরবসু লাংথোংদগী চৈরাপ্তা পাউগী চৎনবী লৈরিনা।

নোংবান— মথা য়াম্না তাগ্রেদা, নঙনা য়ৈয়ু য়াগ্রগা নোংবান ঐগীদি ঈথুং পাক্লো, তাজৌহাই ঐ য়ৈবীগে। (চোংশিন্দুনা পুং য়ৈ, কন্দুনা থোরকই) অসি মঙাইদনহাই, সিবু করি লৈবা থবক্লো? (নিংথৌ শেনবা ফিংনা চঙলকই)

নিংথৌ শেনবা— শেলুংবা! ঈনিংথৌগী য়াথংনি, কেগে

চৈরাপসিদৈ হেন্দোক্লুনা চৎকরোই চৈরাপ শঙবা য়াম্বখোঙ্গী। শেলুংববু চেকশিন্না শেন্নবীয়ু।

নোংবান— য়াম্ব। মাইয়োক্নবা লানকম্নদৈ মাঙ্গী ওন্দুনা চেনংগদবা নোংবান নত্তে, শিবা তারবসু মাঙ্গীরোং য়ানা নোক্না থবাঙ্গী থাগদবা নীপানী, চেনগনি চিংনরুগন্থু।

নিংথৌশেনবা— কৈ শেলুংবা! নীপা থৌদাংহুদা তাকপীয়ু। (নিংথৌ শেনবা চঙখী, অতোপ্পা নাকল অমদগী শোম্না ফিংনা চঙলকই)

শোম্না— ঈগো শেলুংবা! করি মত্তৌনো? মোইরাং খুন্নকঈরক্তি মুপী অঙাং পুম্বা চীংদা পান্তা লোৎকদবগী মমা-মচা থঙনরম্নরোই চয়াং মশা পাইনরম্নগনি।

নোংবান— নঙবু মহুই'দমক রাবীয়ু নেত্তে, থঙলত্র ঈবো! মীকুপ নাহুম শিংনা নৈয়ু। (থাঙ্গারাকপা, তোলোংখোম্বা ফিংনা চঙলকই)

থাঙ্গরাকপা— কোংয়াম্বা!

নোংবান— ঈপল ঈবুংঙো।

থাঙ্গরাকপা— চেকশিন্নু নোংবান! মনাও ঈবুংঙো পাঙ্গমা মুংনাঙনা লেঙকই হাই। (থাঙ্গরাকপা, তোলোংখোম্বা মাগী মাগী ফমফমদা ফম্মী।

নোংবান— চিংনবীগন্থু ঈপল ঈবুংঙো! ননাই নোংবান উবদা, কোরৌ মৈশাদা উন্না তুম্বগুম মনাও ঈবুংঙোগী অশাওবদি মিংন

কুপ্পদা মাঙজখিগনী। (শাপোং-লানপোং শেত্তুনা চিংখুবা লাকই, মপান্দগী)—

চিংখুবা— কেগে নিংথৌ ঈনিংথৌ মোইরাং নিংথৌ পুরিকলাই! ঐবু লোইবা লৈমাবা, মোইরাং ঐগী চৈককৃপুঙ কেগে কুচু খৌদা-কমদা ননাও চিংখু নহা পাঞ্জুম্বা কাজরকলে, থবাক চুঙঙইনা পাম্বোম তাওইনজগে, য়াম্বুং চেংঙা খুভম লেঙবীয়ু, শাগী শারম তাকপীয়ু লানগী লানওং হাঈবীয়ু ননাও লাম্বেংনজগে। (মঙ্গুংদা চঙলকই, নিংথৌ লৈবা উদে, কনা অমত্ত খুমদে; নোংবান্নচিংবা অঙম অথৌ চিংখুবা থুরুম্মী) করিনো উন হাইমুক চিকপবু, ঙসি য়ৈথিবা পুঙচুবু করম্বা শাগী লানগীনো?

থাঙ্গরাকপা— মনাও ঈবুংঙো উরা নহা ভেলহৈবা! পাঈমা শীবুক ঈংথবীগনী, খুদারোমদা অমুক্তা লেঙশিনবীখো। ঙসি য়ৈথিবা পুঙ, শাগী লানগী নখেনে শিঙথোঙ নেম্বা। ( চিংখুবা কমথৈ )

চিংখুবা— করিগীনিনা কয়াইবা?

থাঙ্গরাকপা— নমাক ঈঙো মোংবানবু নজা ঈবেম্মা লোইদগী ওকচরু তাকপীদুনা ওকচরুরে, হুরাও হুয়াও লেঙঙকপদা, য়োং বারক খৌবাউদবা লমজা মচা থম্বা হাঈবদুনা থুংলিংদুমা, লম্ম-খাঙদগী নজা ঈবেম্মা মমহুনা কাপ্পে। মনাও ঈবুংঙো বাজোন নিংথৌ! মোইরাং লৈবাকসে মপু পান্দ, চৈরাপ কুচু লিংদবগুম কেগে মনিঙ তৌনরে। মনাও ঈবুংঙো লেঙশিনবা, লৈবাক অঙম

অথৌ চোয়া তিনবদা য়ায়েন য়ায়েপ য়াথৈবীনুবা অমদি পুল্লপ তিনবা য়াননবা ননাই নোংবাগা য়ৈবা পুগনী। কোওয়াম্বা মম্মাইনা ওকচবা মর্তেদো ময়াথং লৈবতগী নজা ঈবেম্মা ওকচক্লবনী। থম্বীসি মনাও ঈবুংঙো। (ময়াম পুম্নমক তুমিন্না লৈনৈ, চিংখুবা ত্তহাক য়াখন খল্লি)

চিংখুবা— ঈপু থাঙ্গয়াকপা!

থাঙ্গয়াকপা— মনাও ঈবুংঙো।

চিংখুবা— য়া অসি থরথিং কাঈরেকো। ওরাং হুমিদাংবাই ঐগীদা নোংবান লাকলম্মী, মানা হাঙ্গৈরম্বা অহুগা য়াম্না খেঙ্গোং-নরে বাসি। (হৌগত্তুনা) অহুনা ওসি কোথোসে চৈরাপ য়াথি বায়েন য়াওনিংত্রে ঐহাক্তি, ঈপুখোঙ্গৈনা 'শুম কৈ হাঙ্গৈবহু—।

থাঙ্গয়াকপা— করি য়ানোনে মথং থনবা ঈবুংঙো। অমুক্তা তপথবীখিবসি, ওকচিল লাকপা তোলোংখোনবা আইজয়াকপা পোংলেনখোম্বা ঙাঙৌয়াকপা শাওদো নাইখু নাইথয়াকপনচিংবা য়ম্নাইবা ঐখোঈ তরা মাতথাইনা, মনাও ঈবুংঙোগী পাঙ্গৈমা পীবুক্সা হুম্বা খৌরম খুদিংদা লোঈরঙ শীংখোঙ ওইমিবা চাউবা খোংলেন অনিগী মমু অমুক্তং য়ৈথেকচগে থঙ্গরকপা অয়েম্বদা তাহনবীগম্বু। অমহিক্তা ননাই ভনিগী অথোই-নাপন শাজংকী মাঙদা তাঙজ লুরুরুবা মঙৌ হেক হেক উৎপীবনা, নোংমদি নিংথৌ কম্বালসেন ক্রাওবদা য়খোঈগী হক লৈরবোই মিওহুনা থিরকপদি শোঈত্রবনী। (চাওবা চওলকই, মহৈ মহৈ তুমিন তুমিন লৈনৈ, চাউবা

·চি থুবদা থুরুম্মী )

চাউবা— মনাও ঈবুংঙোনচিংবা কম্মাইবশিংস্থু তিনবীরমলে; ননাই চাউবদি খরখিৎ থীনঞ্জমাল্লে। ( মফমদা ফমথৈ ) মনাও ঈবুংঙো অমদি অঙম্বশিং ঙসি য়ৈথিবা তোমান পুঙজাও অসিবু কয়ম্বা শাগী-লানগী মরমনো ঈনিঙথোদা হুঙ্গৎনবা করি কয়ম খন্নরীবা অমদি থোগল ঙমগদবা মতীক চাবা অঙম্বা কনাবু থাবা লেপ্পবিরবগে ?

থাঙ্গয়াকপা— ঈচা নোংথোন ! বাকম'হু নোংবানবু তমহল্লু, মঙোন্দগী তাবনা মরীক চুমগনী।

চাউবা— কদাঈ কদাঈ কোঙয়াম্বা !

নোংবান— ঈপল ঈবুংঙো।

চাউবা— তম্মু তম্মু।

নোংবান— ঙসি য়ৈথিবা কংলাগী তোমান পুঙজাও ননাই নোং-বাম্না য়ৈজবনী, শাবাও-লানবাউগী নত্তে।

চাউবা— হীঃ করিগীনিনা ?

নোংবান— মুংঙাইতবৈ য়ৈবনী।

চাউবা— অং! কনাবু মুংঙাইতবগী ?

নোংবান— ঈতাও খম্ববু।

চাউবা— মরম হাঈয়ুদনা তাসি।

নোংবান— লৈপাকপু তাবীয়ু! পামজদবা নোংবান কৌবা ঐসিবু, মনাও ঈবুংঙোগী য়াথংনা, মজা ঈবেম্মনা কবো লোইদগী লঙঙকপসি ওকচরু তাকপীবদে চৎচরে। কুম্থি লৈশোকপুঙদগী

ওকচরে। মজা ঈবেম্মসু ঐনা নিঙজরকপগা পাবুংনা শীনবীরক-পগা চপ চানমে হাঈহুনা ঈবেম্মনা হৱাউই। ননাই ঐনা লাঙ্গোইতোং, ঈবেম্মনা দোলাই তোংহুনা য়েংকা ওঈগা কারক্ নাৱাচঙবা মতমদা অঙোম ঈরান্দ থুংজরে। বাক্সসু বানা ঈবেম্মন্য হৌনী হাঈহুনা তরা থোংলে, মথেল লুক্নোঈ লাঙলহুনা ননাই চাজরে; ঐগী লৈথাক অহুদা ঈবেম্বসু কংবা লোইরহুনা চীনফু-মাঈরং তাবা মপান্দা লেঙথোকখি। থঙহৌদনা গ্রোং-গ্রাং লাড়বা মথোল ‑মা কাঈ, হীঃ মতো অমনী থন্দুনা ঐসু মপান্দা তঙ্গোক থোকচৈ। ঈতাও থম্বনা লুচিংহুন্না তম্বা নীপা ৪০/৫০ না ওম-শীন্দুনা মজা ঈবেম্মবু নমহুনা পুথীখ্রে। মজা ঈবেম্মনা হা-ঈতে হাঈগে হেক তৌজবদা ইক্‌-লাউনা ফীবুন নমখ্রে, ঐবুসু য়াইবী লৌচগ তৌরক্লবদা, থবাঈনা লন্নি থঙহুনা ঈমুংদা চেনশিন্দুনা লোংচহৌই। 'সিগী মু ঙাইতবদে— মীনা চেনবা পাওজি অকোন অহান নাই পুল্লপ তিনবা ঙমলোই থঙহুনা তোমান পুঙজাও য়ৈজবনী।

চাউবা— মতীক চাঈদো— মুংঙাইদ'! অঙোম শাগৈ চাওথং-লনী। চাউরম্মেদা ঈচাদি। (থাঙ্গরাকপনচিংবা নোংবানগী মী-চংশিং হরাওই।)

নোংবান— ঈপল ঊবুংঙো।

চাউবা— অতোপ্পা নীপা ৪০/৫০ অহুদি থুম্বক-থুনথা মচা কনা কনানো অথঙবদি য়াওব্রা?

নোংবান— থামগ্না অহিঙ ওইবনিনা অমত্তা মশক থওহৌদ্রে।

চাউবা— উম! মমলবস্থু মগ্না নতাও থম্বুাদ ওইবে? (ওাই-হাক থল্লগা)

নোংবান— হোঈ - ঐনা লুনা চাগ্না মরূপ অমনী থঞ্জবনা, ঈতাওবুদি মশক উত্রবস্থু হকী শহুমতা কংবদা ঈতাওনী মাগ্নী-নম্ভে থওবা ওম্মী।

চাউবা— মুংশিদা ঈচাগী বা তাবদা, মরূপ কৌববু অহুনিদনা। মজা ঈবেম্মবু কাবসে ঈমৌ অহুমদি লাউত্রা কোওয়াগ্বা?

নোংবান— লাউদে, লোম্নবীনিনা থবা য়েংথিবগুম ভৌবরা?

চাউবা— উম! নচা-নমাই অভৈদি?

নোংবান— কনা লৈতবা মতম থোক্লহুনা।

চাউবা— অঙোম নিংথৌদি?

নোংবান— ঈকাঈহুনা ভাকচহৌদ্রে।

চাউবা - ঐঙোন্দা হেক তাকপদি? (ভাইহাক থল্লগা)

নোংবান— ঈপল ঈবুংঙোদি ঈতাওগা মরী অমত্তং লৈবহুদা।

চাউবা— অং! ওসিসিদি কমদৌই?

নোংবান— ওসিগীসিদি লৈপাক্লিদনা ঈপল ঈবুংঙো।

চাউবা— চুম্মেদো ঈচানা হাঈবা! শিংঙে-চাউরেদা ঈচাদি। অহুবু শা-লান্দতা য়ৈনাস অসিগী মথক্তা মপু মোইরাং নিংথৌনে ঈনিংথৌগী মনাও ঈবেম্মা অমদি মথংথনবা অহুম অসিনা শিরবা মতমদা অমা য়ৈশি হাঈনথিবনী। বাকমসি লৈবনা মুপী অঙাং

পূম্নমক পুঙগী পুঙখোন তাবদা শা তারকলে লাল লাক্লে হাঙৈহ্রনা চীং-মান পাং-কোমদা কুমহ্রনা লোৎনব্রে। কৈথেন মাপন মুং-হোয়ে; লৈবাক চয়া হেন্নয়নী। কাঙৈথিবা কৈথেল মাপল কাও হাঙৈরু চেনথিবা লৈপাক পুম্বা মাগী মাগী ময়ান্দা হজিল্লো হাঙৈহ্রনা পাউ তুক চেল্লু। (চিংখুবদা থানা য়েংই) ঈচাদ নতীক নথোনা লৈবনীমা থবকসি পাঙথোকপদা করি থোইনা লুয়োই। (চিংখুবদা) তাবীসি মনাও ঈবুংঙো! ননাই নোংবানবু লৈবাক খোমজিল-হল্লগা বাঙোন শঙগী মাঙোন্দা নজা ঈবেম্মা, থম্বা অমদি নোং-বানবুন্থ কৌবীয়ুনে। (শাউনা—)

চিংখুবা— কৌনিংলগা কৌগনী কৌনিংত্রগা তোক্কনী, লৈবাক খোম্বদি ঈচা হূয়ানবা লমজা মচাহ্রবু খোমহল্লু। মাতনা ঙল্লোই থল্লগা মোংথোন থোংলেন অমদি কৈয়োইজাম্বখোঙ য়াওনা খোমজিনবীয়ু।

চাউবা— তাকপীয়িবহ্রবু মনাও ঈবুংঙো?

চিংখুবা— হাঙৈরে! অহ্রগা ঈচাদো ঐগীদা নত্রগা অঙোম নোংবানগীদা থিল্লু, ঈকাই নাইদেদা কারনো। মপা মমানা মাঙ-শোক কমেন্দা কমহ্রনা বারক-থৌবাউদবা লমজা শয়া মচা ওইহ্রনা তৌবয়া। অপোকপা মপানা য়াদে পীনিঙদে হাঙৈরবদি মতোকউ, মমাঈহ্র কোনবু তোপ্পয়া কয়িনো।

চাউবা— মমাও ঈবুংঙো নচা ননাই ঙাকনী, মীচঙ-মীথাজ নাইবীহ্র বায়েন তৌবীগনি।

চিংখুবা— মীচঙ-মীখাঙ্গী হাঙ্গীবদি?

চাউবা— নক্সিবরা মথং খনবা? নোংবানসিবু ঈনিংখো অদুদি মনাও ঈবু ঙো অনিমক সুপ্নবরা? মজা ঈবেম্মাগীদমক্তা তোমান পুঙজাও য়েংবদি মতীক চাদে, হাঙ্গীস্থ হাঙ্গীনখিদেনা। অদুগা ঈপা-ঈচা ঈমাক ঐখোঈনা করিগী লৈবাক খোমগনী?

চিংখুবা— মুপী হুয়ানবগী চৈরাক।

চাউবা— হুয়ানমমত্রবদি? কোংয়াম্বদি অঙাঙ ওনবা ঙাত্রা?

চিংখুবা— চিংখুবা লৈরিঙৈদা মোইরাং নোংবান শোক্লগদবদি মরু ঈহুন তমাত্র কনাগী মতীক লৈহুনা?

চাউবা— করিগী লৈতনী, নম্ভাম্বুং লৈরিনা।

থাঙ্গরাকপা— ঙাইবীখো! করিনো পংলাউ হেক্তা লাউবিরে। মীগী মরা লৈবা মুপী হুয়াম্লে অদুগবু তুমিন্ন তোক্লগত্রো? তো-মান পুঙজাও য়েংবা করিগী লানগনি? নিংথৌগী মচা মুপী হুয়ান-বসিবু লান নক্সিত্রো?

তোলোংখোম্বা— মানী! অরাম চন্নুম্থ নত্তবা নিংথৌগী মজা ঈবেম্মা অদুগীস্থ মথক্তা মরাম্থ লৈরিবী মুপীবু হুয়ানবদি— মহুনী লান হাঙ্গীববু।

নোংবান— লৈপাক'পুম্বা ঙাবীসি, পুঙ য়েংবগীদি য়েংবে, মখা ঙাঙনবীগদবস্থ চংখবীয়ু।

চাউবা— অদুদি করে মনাও ঈবুংঙো! মজা ঈবেম্মবু লোইদা থাবসি কয়াইদগীনো? শজাই তম্পাক য়ুমদগী থাবীবরা?

চিংখুবা— অছু হংলগা নঙ করি তৌগে হাঙ্গৈরিবা !

চাউবা— নঙ-মাদি তাকপীগন্নুদা।

চিংখুবা— হাঙ্গৈরে, চাউবা নঙ হাঙ্গৈরে, নঙনা কৈদৌচরনী ?

চাউবা— ঙৈ-রা ! হুরানবদি মনাও ঙৈবুংতো নত্রা ?

চিংখুবা— করি চাউবা ?

চাউবা— করি হাঙ্গৈবীগনু। নজা ঙৈবেম্মসে হুরাওবা, লমজেন অমদি কাও কাউদা ঙৈমাক খম্বদা পীরবনী। মাইবী চঙবা নোংবান ! হুপী মরক-দুপা মরক শা-মরক নঙগুম্বনবু করি নতৌক লৈহুনা নিংথৌগী মচা লৌপনি। লাঙ্গৈর মচা খম্বদি নিংথৌ মচানমনাওনা পীবীবদগী লৌবনী খত্রা ?

চিংখুবা— ঐদি পীদে ! লমজাদা ঙৈচা পীথিদে।

চাউবা— কৈদগী কৈদগী পাঙতাক্ত তাকপীরে। নোংবানগী লৈথাক চাবা হুপীবু খম্বনা লৌবা ছৌনত্রা। মচান মখা চোনবগী পঙতাং তাঙ পঙলাউ লাউজবনী। খম্বা মগুংলাংগী কবো লোইদা কুমগা কারকপদা অতোম নোংবান মগাইকাদা চঙগনী হাঙ্গৈবা বাসে মঙগী বানী, লৌবা য়াবা বা নত্তে। মনাও ঙৈবুংতো ! থোকলিবা থোনোক অসি ননাই নোংবানগা লোতুনহুনা লৈপাক কাঙ্গৈহল্লগা নিংথৌ শেমগে তৌবা তশেং তশেংবনি। লৈপাক্লা নাকল অমদা লেপ্লীথো, থোংলেন চাউবা অনিনে খম্বা কৈরোইজাম্বগমা ঙৈনিঙথৌগীদমক্তা লেপকনী। কোক য়াওদবা অঙম্বা শেঙ্গাবশিং নথৌনাদি লৈতনা মখা চিকপা শাবিয়ে, সে-রা খঙলোইত্রদো হন্দক্তি।

(অতৈ কয়াইবশিং অমগা অমগা য়েংনৈ) করি হাঙয়ে— নিংথৌগী মচা ঈবেম্মা নোংমদোন লাইজগুম লুনা নৈজরিবিবু মিংদা থীনবা ভাওবা, নোংবান মাগী নৈথাক চারেকাসু হাঙজবা থারি। লমকৈ বাকম অমা পুথোক্লগা নিংথৌ কম মুনগে থৌরাংলগসু।

চিংখুবা— করি চাউবা? ঐনা নিংথৌকম শিনগে তৌবনী হাঙবা বাসি ঈতং ভত্তনা পল্লি, লুরেন অহু ককউরা? (থাঙ শংলি।)

চাউবা— হেঃ করি বাঙোন নিংথৌ! লেঙথোরকউ লাউ; চঙশিল্লকউ হাঙব্রা? (চাউবা হৌগংলি) লাউ য়াঙগো ঐনা পাঙরিবা থাঙসিদি থৌগনগী পাঙবা হৌনৈ হাঙবগী পাঙবনী য়াল্লকনি চিংনমু। (চিংখুবগী মনাক চঙশিন্দুনা খুরু খুদক হুদৈ, চিংখুবা থাঙ হাইগত্তুনা য়াম্বগে তৌই, ময়াম কিংনা হৌগংলি, নিংথৌ থৌগন-লাঙনগা লোইননা লাকই)

নিংথৌ— ভাইথো শানৌভোন! (চিংখুবা থংথ্রেক থংই, মখুত্তগী থাঙ তাথি; নিংথৌ চঙলকই, ময়াম খুরুম্মী, নিংথৌ ভাওবন্দা কমথৈ।) কবম্ব মথলগী থৌগলোননো, অহুয়া হৌনব্রা? (চিং-খুবা নৈথোক্তুনা নৈ কারম্বু খুমদে, ময়াম কমথৈ) ঈপু নোংথোন!

চাউবা— ঈনিংথৌ ঐবু লোইবা নৈমাবা। (নিংথৌ খুরুমলগা হৌগংলি।)

নিংথৌ— কমকম লাংদা কম্বীমু ঈপু। (চিংখুবদা) অতোন! ময়ম কম্বিগীমিনা?

চিংখুবা— ঈনিংথৌ মনাই ঈপু নোংথোম্বনা কেগে মোইরাং লৈবাক্তা লৈমিরম্লৈথেদি ননাওদি খুমন লৈবাক্তা শাইদাংঙরগে।

নিংথৌ— শাবোতোন! লৈবাক্কী মপী-মপা ওইবা নঙনা মীচম অমত্তা পোরক্লম শাংঙ্কম থাদোক্লগে তয়াং তশোই হাইকদে। ঈপু নোংথোম্বু হেৎলে লাকপা! তসি ঈপুনা পাঙ্গম খুংজেংনা ঊনবু মরম হায়রগবা ঈপু তাসি।

নোংথোন— কাঙ্গবগীদি ননাই ঐনা কাঙ্গবনী অতুমকপু ঈনিংথৌগী মমক খুমদি লৈবাকীমমক কাঙ্গবনী।

নিংথৌ— কমদৌবা ঈপু ডাকপীয়ু।

চাউবা— ওসি নোংবান্না কংলা তোমান পুডঙাও য়েবসি ঈনিংথৌগী মাংখনা য়েবরা?

নিংথৌ— ছিঃ কৈদগী ঈপু, মানা য়েগে হাঙ্গবদা য়েকদে হাঙ্গ-হুনা থামথিবনী। অহুগীম্ম মথক্তা হাঙ্গতম তোঙমদবা নীপা নথঙহুনা পুক য়েবা খিংনবা তঙ্গা নীপা অ:ন তাম্মহনথিবনী; হৌজিকপু করম তোৌবা তায়বগেনে ঈপু?

চাউবা— তাবাসি ঈনিংথৌ, ননাই নোংবানগী মনাও ঈবুংঙোগা মপু মনাই লৌতুনহুনা থাঙেম্ব-তাম্ব হৈবমথৈ থোমদে। মহুদি তোৌবীদনবা ননাই ঐনা থামজরি। সিদা ঐবু, মনাও ঈবুংঙোগী পুকনিংদা হুংঙাইত্রহুনা— ঈনিংথৌনা হৌজিক্তা মিৎয়েং তাবিবিয়ুবনী।

চিংখুবা— ঈপু মহু হাঙ্গহুনে।

চাউবা— মসি নত্রবদবু তোমান পুঙজা‌‌‌ৎ করিগী দমক ৈরেগদৌ-রিবনো মনাও ঈবুংঙো ?
নিংথৌ — শানৌতোন ! অসিরনে 'নংথৌ ঈচিন-ঈনাওনা ৈলবাকী মপী মপা ওইহনা তোল্ল-তার ৯রা অনঙগী মতেঙ পাংসি হাঈবা ৈলবাক ৈলঙাকলোন অহুবু ? ( চিংখুবা করিস্থ খুমদে ) করে অহুদি ঈবুংঙো, ঈয়াম্বগী মোইরাং ৈলবাক অসিদি ঈনাওনা কয়া খোঈদাত্রবনীনা পুকনিংনা ভাবা মকম অমা য়েংলগত্রা ? (চিংখুবা করিস্থ খুমদনা নাকল অমদা ৈলখোক্তনা ৈল; মতম অসিদা শাবাও লানবাওগী পুঙখোল, মীনিল ভারকই । )
চাউবা— ঈনিংথৌ ঈবুংঙো ! ওহা চিঙদগী অউন কৈথেল-লোমদা ননাই খোংলেন ঈতাওগী শবাও লাম্লাউখোন ভারে অমুক্তা ভাবীয়ু ঈনিংথৌ । (থরা লাপ্পা মকমদগী খোংলেন্না লাউরকই । )
খোংলেন— তম্পাক য়ুম ৈম থারে', অঙোম নীপা থম্মসু, লাই-রেকহু লানমীশা ! খোঙ মনীং-মমাঙ লোনশিল্লু, থারে', হাংলো, হুপী-অঙাঙদি শোকফদে, হেন্দোকখিনি থংলু, হুই খৌজিল্লু !
নিংথৌ— ঈপু নোংখোন ! করম ভৌগনী ঈপু ? শানৌতোন অমদি নোংবান হাকভকী মোইরাং ৈলবাক কাঈবা ভারবরনে ? লানসি খাম্বিদবা য়াদে নো·থোম্বা । নত্রবদি মরাল ৈলজদবা অথীক-অচোঈ কয়া অরাবা ভাবা ভারে ।
খোংলেন— ঈ·য়া ! থংলু অমত্তা হেন্দোকহনগহু । হহুবী চীহুম ফুকভোকে সেত্রা, হোগাঈগে নাম্ম চীংদা শোঈরোগে;

উঙাম লেন্দা শোঈকন্নু, অরোং ঙাথা পীগে ফৌগাকচাউ ঙাথি লেংনগে খোরদাক ঈরীগেদো কেগে থক-খা ওনগে মোইরাং তুম্না হাৎকে। থৎলু, হাৎলু। (পুঙ শেন, থাঙ তাগী খোঙ্গেংগা লোঈ-ননা ফুজিল্লকপা মখোন তাই, অঙম অ.থৌ পুম্নমক তুমিন তুমিন লৈনৈ, চিংখুবা কিনা লৈ।)

নিংথৌ— ঈপু লৈবাক মাঙবা তাবে অমুক্তা থাম্বীয়ু কৈদৌবগে?

চাউবা— ঈনিংথৌ! হন্দক্কী ননাই হতাওগী লানাস মনাঙ ঈবুংঙো মথং থনববু থামহনবীবনা। (কেরুক কেরুক য়েংলগ)

চিংখুবা— শাকম লানকমদা— ঈপুথোঈগী মলোম থম্বা বাসিনা, লৈবাক লৈঙাকলোন্দা মমুৎ তানা থঙলবা ঈপুথোঈদা, তু লমচৎকী লৌশিং ওইজগে হাঈহুনা তুক নাউখি শাজবনী।

নোংথোন— হা-হা মনাও ঈবুংঙো চুম্মেদো! থাম্বি মৈবু শাই-শাদে থঙনবা হোৎনবদা খুৎনা পাঈহুনা য়েংবদি অশীংবগী খুদম্নিদো।

নিংথৌ— ঈপু কাম্নয়োই, লানসি য়েংবক্লে মথোঈ অঙাংগী মতীক নত্তে, অমুক্তা থাম্বিয়ুনে ঈপু।

চাউবা— ঈনিংথৌ ননাই ঈপু চাংয়েংজগে। (খুরুম্নগা থোকখি। ও ঈতাও! কাকয়েন শোজা অপৌবা! নপাকি নুমোম কৈদৌদে, চাউবা ঐস্থু লৈরি তপথংখো অথৌবা তপথখো। (মপান্দা থোকখি।

খোংলেন— থৎলু থৎলু মুক্তাম! হুই থৌঙল্লু।

চাউবা— ঈতাও ঐ চাউবা নোংথোম্নিনে। (খোংলেন্না চাউবগী চরন পাঈরক্ল, লোংনা ঈল্লকপদা নিংথৌগী মমাঙ ওইরপ্পা লোংনা

তারে. থোংলেন মথা চিক্ত্না থাঙ খুত্থম চেংনা পাঈরগা চাউবগী থবাক্তা খিনগে ভৌবদা, চাউবনা মমিত্তা পিরাং চেন্দুনা মমিং চপ য়ু়না য়েংত্থুনা লৈবত্থু উরক্লত্থুনা—)

থোংলেন— চাউবা!

চাউবা— হা উ! (থোংলেন থাঙ হুন্দোকপ্লে থুনা কোনখৎলি।)

থোংলেন- কৈনো নঙবু চাউবা, শাউনা লাকপদা 'মুম্মা শা-প্রেম লাঙ্গেম্নবা হেক হেক থোরকপসি ভৌম্থ ফনা হাঈরে। (থোংলেনস্থ কপ্লে, অনি লেংওম্নবা কোমরে) নঙবু কৈদৌত্থুনা থো-রক ইবনো? (কপ্লী।)

চাউবা— ঈতাও ঈতাও হাঈত্থুনা ফনা কৌই, নঙনদি ঈতা হেক তাদেদো। (অনিমক হুন্দোক্লরে) করিগীনো নঙনা লান্দারক্লিববু?

থোংলেন— নোংয়াই ঈচা হাংকনী ঈমোম কৌরা য়ুঙাক্লত্থুনা থুঙ্গোইনগনী. নঙবুনা লোইদা থাগনী হাঈ হাঈবদাইনে?

চাউবা— কৈদৈনোনে ঈতাওবু, থুনা কা নবা নাদাইরেমশিংনা কাঈজিল্লম্বা ওইরিনী! ঙসি কংলা য়াইবুং য়ৈবদি মজা ঈবেম্মা লোইদগী লেঙকলেদো, হয়েংমক নচাগা লুহোংগনী; শাশিং-ঙাশিং অউন-পোৎ লাঙগনী। হৈনা লৈনা পাউজেনবদি নংলরোই মত্থুগী লৈবাক থোম্বনী। মীনাই অমগী মরাদৈস্থ হেকমা হুন্নেন লাল-হৌবসিবু? (চাউবনা থোংলেনগী থাঙ থুন্দুনা থমজিনখি।)

থোংলেন— ঈচা লুহোংবগী লৈবাক থোম্বা পুঙনিকো চাউবা?

চাউবা— মাম্নিনে ঈতাও।

থোংলেন— হা! হা! মীনাই চগদবগী মচা, ঈতাও চাউবা!
চাউবা— হাউনে।
থোংলেন— ঈকাঈরেদা ঐদি, ঈনিংথৌনা তারগা শাউরম্মনিদা।
চাউবা— কেগে চৈরাপনিনে ঈতাও, ঈনিংথৌ লেঙশিল্লবনী।
(থংনা)
থোংলেন— কেগে চৈরাপ! ঈনিংথৌ লেঙশিল্লবা? চাউ-বা!
(মশা থক থক নিক্না নিংথৌ লৈনা য়েংলগা চঙশিন্দুনা থুরুম্মী)
ঐবু লোইবা লৈমাবা মোইরাং 'থোঈগী ঈনিংথৌ! মীনাই পাউ-
দম কত্তবনা তাংলো থুয়াথাদা লঙজল্লে, অয়োন অয়ান তাকপীগনী
ননাইবু। (থুক্ত থুদক কুন্দুনা লৈ।)
নিংথৌ— লাম্লোঈ তানবা ঈপু! কমকমলাংদা কম্বীয়ু, ফিংল্লে-
দকো ঈপু!
থোংলেন— শাগী লানগীনী থঙদবা চনৈনবা পুঙগী মথোন তাবদা
লৈপাকী অমদি ঈনিংথৌগী কত্তবা করি থোক্লবনো চিংনজবদগী।
নিংথৌ— ঈয়ুম কেগে মোইরাংদা শাগী-লানগী পাউ লৈতে,
নোংথোম্বা অমদি লাম্লোই তানবা ঈপু লৈরিঙৈদা কনাগী মতীক
লৈগমগে?
থোংলেন— ননাইদি ফিংউরেদা ঈনিংথৌ! ননাইদি চৌজিকন্নু
ঙকচরি, থঙজনিংল্লেদা ঙসিন্নু তোমান পুঙজাও তুক য়েথিবগী
ময়মসি?
নিংথৌ— মহুৎগীদমক ঐন্নু শাউরমলিবনী ঈপু, নোংবান্না য়েবনী হাঈ।

খোংলেন— হাঃ অদুদি করি বানো? মনিত তৌনা রৈকবরা পুক্লিবু করি মরম লৈবনো?

নিংথৌ— মরমদি ঈপু, ইয়োম্ থোইবীগীদমক রৈবনী হাঈরি।

খোংলেন— কদাই! করম্বনিন্না ঈনিংথৌ?

নিংথৌ— ইমোম্না লোইদগী কারকপা নোংবান মানা ওক্চে হাঈ, হুমিদাংদা অত্তোম মগাইকাদগী নমথনা মুন্নগা নচা খুমনগীদা পুক্নে হাঈরি। (খাংলেন চাউবদা মুন্না য়েংই, চাউবনা ওইদবনী মতক হাই—)

খোংলেন— হা-হা করে ঈনিংথৌ, মনাত্তু ঈবুংঙো অমদি ননাই নোংবানগা মপু মনাই অনিনা নিত্তকপস্থ খুংলনী অছুগা হন্দকী-সিদা মনাই ঈপুনা নিত্তবস্থ খুংলে। (চাউবনা খাত্ত লৌশিনথি-বগী খান য়েংছুনা মথুং-মথা প্রোক-প্রোক খেকনা শাউই) কেগে লৈবাক কনাস্থ শোকলোঈ মোং-হাবিন্ন, রিং থীংনা কুম্মে য়েংবীয়ু। (মথা ক্রক ক্রক চিকই) যাক-লৌলেন নোংবান!

নোংবান— ইয়ান ঈবুংঙো।

খোংলেন— ঈবুংঙোকা হাঈবীয়ু ঈতীক চায়ে,— মথং থনগী মমাক ঈবুংঙোনিনা নহাক্তি। অছুমদি ওইরগা মত্তনা হন্দক লৌ-বিবা ঈবেম্মছবু কনা নিংথৌগী মচানো?

নোংবান— ননাই ঐনা চাম্লা লৌছুনা পাম্নে হাঈজবে। ঈয়ুম মোইরাংদা পোক্লবী মজা ঈবেম্মা থোইবীবু হাঈজবনী।

খোংলেন— হাঃ থোইবী যায়রবোইদা।

চাউবা— কোইমনশ্রেদা! পুঙ য়ৈ হাঙবদি করিগনো, লোই-রেদনা।

থোংলেন— মানী মহুনী, ঈকু ভাগে কোওয়াম্বা! নবুকথোক নয়োশিংবা য়ৈবা পুঙলা নত্রগা মনাও ঈবুংঙোগী য়াথংলা? (চিং-খুবা থোংলেন্দা থানা য়েংই) কংলা তোমান পুঙজাওসে নিংথৌগী পুঙম্ নত্তে, মোইরাংগী অথীক-অচোঙ্গী মীপুম খুদিংমক্না শেমথাঙ্গী অমত্তা ওইরবস্ থাংনরবা অসুম্বা পুঙ, লৈপাকী লম্না পুঙজা খেন্নোঙ য়েংহুনা তিংবা, শাগী-লানগী মমীদা মদোম পুঙথোন থোক, লৈপাকী অক-কত্ত খুদম তাকপা পুঙবু, ননিঙ তৌনা য়ৈবদি, চাউরেদা ঈমাক্তি। (নোংবান-চিংখুবা য়েংনৈ)

নোংবান— চাউবা পীকপা থঙজদে, পুঙ য়ৈবা ঐননি।

থোংলেন— করে অহুদি কোওয়াম্বা! মজা ঈবেম্মগী বায়েন্দো মিং-না চীন পাল্লি তৌগনি। মরম চাদনা তোমান পুঙজাও য়ৈবা অমদি লৈপাক থোম্বগী বায়েন্না হায় ভূক তৌথিকম থোকই। খুংলাই পাঙ্গয়ু কোওয়াম্বা! (চাউবদগী থঙহৌদনা থাঙ শংলি, নিংথৌদা থুরুম্নগা) ঈনিংথৌ! নিংথৌ ওইগদবা মী অমা লৈন্নহুনা, নোংবান্না মথঙ থনবা ওইনবা, নিংথৌ শেমগে থৌরাংবা নত্রিবরা? থোকউ নোংবান থীল্লে, নওদি কাঙ্গনৌ ঈতম লাক-লকলিবনী থোংলেন ঐদি হন্নু-মাল্লে কারবনী, অহুবু ঈথৌ ওইব-দগী তৌবনী। মোইরাং লৈপাক পল্লোন কয়া থোকনা কোঙ্গবীয়ু ঈ য়া! (ময়াম তুমিন তুমিন লৈনৈ।)

নিংথৌ— লাল্লোই তানুবা ঈপু। তাকপীরিবন্থ চুম্মী,— ঐহুবু ঐদি পুঙগী বায়েনাস থমনিংই, ইমোনগী বায়েন্না চংথনিংই, কম্রি হাঈবগে ঈপু? (খোংলেন-চাউবা য়েংনৈ, চাউবনা য়ায়ো হাঈনা খুদম ত্তৌই।)

খোংলেন— নম্নাখংবু লৈরবদি ননাই ঐগীদি অহুমঙাই। (খোং-লেন কমথরে।)

নিংথৌ— কোঙয়াম্বা! লৈপাক্তা বাগী মরম হাঈয়ু। (হৌগৎলগা)

নোংবান— ননাঈ ঐ মনাও ঈবুংত্তোগী য়াখংনা মজা ঈবেম্মা লোইদগী ওকচৈ। কোম্নুংদা অমদি তম্পাকয়ুম য়্লোমকথো তাকপীবা লৈতে, অঙোম নগাইকাদা পুশিনজরো তাকপী। নিঙাই-পিয়াই লৈনদে, থাদোই ঈয়ানয়াই য়োজরে। ঈবেম্মনা ভয়া হৌরে, লোইরহুনা ঐ চারে। ঐগী হৈরেম-লৈরেমহু··· ··· মজা ঈবেম্মনা কংলে। মপান্দা চীনফু-মাঈয়ঙগে হাঈহুনা ঈবেম্মনা হেক লেঙ-থোকখিবদা ঈক-আক লাউখি। করিনো তু-তাবরা য়েংগে খোক-খিবদা, মীশিং অস্থুকনী হাঈবদি থঙজত্রে ঈত্তাওনা মাঙজিন থাহুনা ভম্বা নীপা থয়না মজা ঈবেম্মবু চিঙ্গোই কীবুন নয়গা (কপনীং লাউনীং ত্তৌনা) হুইগঙ থাংলবা তাউবা মাবু চিংবগুম নমহুনা চিংবীগ্রে। মসিদা য়েংঙমত্রহুনা— করিনো মকোক মরু পাল্লবা মুপীবু অহুম হৌনত্রাত্তা হাঈজরুবদা ভম্বা নীপা কুন্থ্রামুন্না ননাইগী য়াইবী লোগে চংশিন্নকপদা থবাই শিনিঙদবদৈ চেনশীনজরে ঈমুঙদা, থোঙ লোন্দুনা থাঙই। 'সিগী হুংঙাইতবদৈ ব্রায়েনবীনবা পুঙ

থৈবীমা.লৈপাক.খোম্বী। (চাউবা-খোংজেল মোমোন ভোনা নোংসে বরাই মুকম মুরুম লোয়ে।)

খোংজেল— কোওরাম্বা! খৎতে, ভোকও ভোকও। মবাও ঈবুংঙো মখা খনববু।

চিংখুবা— ঈপু।

খোংজেল— নঙ্গা ঈবেম্মবু শজাঈদবী খোঙবানত্রা?

চিংখুবা— পাজি ঈপু।

খোংজেল— অকাইবেম কনানিবা?

চিংখুবা— নাইজহনবনী। (চৈরাপ শঙবদা)

খোংজেল— অকা মচা! নাইজহনবা কৌশিন্নকউ। কোওরাম্বা!

নোংখাম— ঈমাল ঈবুংঙো।

খোংজেল— লোই অকম কৈদৈ ওকই?

নোংখাম— কুখি লৈলোপুঙদা।

খোংজেল— মজা ঈবেম্মা করম্বা মীওই কয়াগা লোয়নবকই?

নোংখাম— য়াম্বা নাইজহনবনা লুচিংবুনা কবো নাইউন ১৫ গা লোয়নবকই।

খোংজেল— মরককীদি?

নোংখাম— মক্লাই শোয়ানা লুচিংবুনা অম্বা নীপা তরুক লোয়নবে।

খোংজেল— অমুম শোয়া! (য়ায়া কিনা)

শোয়া— অওৱাবু।

খোংজেল— পুরবক অচুম্বনিকো? (কোইয়েং য়েংলগা)

শৌরা— হি-হি অচুম্বনী অশুপ্রবু। ( নাইজহনবা চঙলকই, নিংথৌ থুরম্মী )

থোংলেন— কদাঙ্গী নাইজহনবা।

নাইজহনবা— ঈবুংঙো অথৌববু।

থোংলেন— মন্নাও ঈবুংঙোগী য়াথংনা মজা ঈবেম্মা লোইদগী কৌথংলুই অচুম্বরা ?

নাইজহনবা— অচুম্বনী অথৌবা।

থোংলেন— মোইরাং নোংবান' কুম্বি লৈশোকপুঙদা লোই ওক-লম্মী ?

নাইজহনবা— অহোঙ্গ অচুম্বনী।

থোংলেন— মথা অথঙবা অউবা লৈবাক্তা তম্মু।

নাইজহনবা— শগোম্নে লাংমৈনে লৈশোকপুঙদা ননাই নোংবান অশাই হাঙ্গনথিবা লোই ওকপনী হাঙ্গদুনা লৈরম্মী। নোংবান্না লেঙলসি হাঙ্গ, মজা ঈবেম্মনা হোঙ্গ-মাই তাকপীদে; হৈনম লৈনম তারুবদগী ঈবেম্মা তিংদম বাম্বথি। কোওয়াম্বনা লাইহংলোম্নচিংবা শোম্ন-কাম্মদুনা হোৎনবদগী লৌশিং লাক্লে, পূম্ম কবদি নত্তে; লাজোই তোংলবদি পূমশেং শেংনা লাঙ্গকোম্নগদবনী হাঙ্গ। অদুদৈ ঈবেম্মগী যোলাই নোংবান্না, নোংবানগী লাজোইনা মজা ঈবেম্মনা তোংলে। অহানবদা লাজোই কাইদ কাইদ থোরম্মী, তাইহাকী তুংদদি লাজোই থুম্নপ থাদুনা থৌগ্রে, কাংশোইবী থোং লানগ্রে। কৈরেন কাবী য়াওবীদগী ঈবেম্মনা য়েং থংবা থুং তিংথোকই ওইনা

শদন ওইদুনা য়ানরগুম ত্তৌরগা— হা! মোইরাং নোংবান কোঙ-য়ান্বা হাঙবা অতে বাহৈ খরগা লাউরম্বা হাঙলকৎ তাহোই, অদুদৈ অদুম মুংশিংকী মাও থানা খৌরে, নোংবানসু দোলাইদগী চোংখদুনা অদুম চেনরে। চেনজবা ওয়দবনা ননাইদি অদুম লৈ-ত্তোরে।

থোংলেন— বাফমদু মনাও ঈবুংঙোদদি হঙৎত্রা?

নাইজহনবা— হঙৎচৈ।

থোংলেন— করি করি তাকপী?

নাইজহনবা— করমনো হাঙনরিঙৈদা নোংবান থুংলয়ে, মতুঙদা মপু-মনাই তাওনখিবদুদি ননাই ঐ খঙজরে।

থোংলেন— মনাও ঈবুংঙো মখং খনববু!

চিংখুবা— হাঙয় ঈপু। (বাথন অমদা ভাউদুনা লৈ।)

থোংলেন— ননাই নোংবান লাকপ্রা?

চিংখুবা— হাঙয় ঈপু।

থোংলেন— ননাই নোংবান লাকপ্রা হাঙয়িসিনে?

চিংখুবা— নয়ুমদা পুসিনজরো হাঙবদৈ মশানা—।

থোংলেন— মশানা য়াই-য়াদে, না-য়েকই হাঙবগী খনবীকম থোকই। মদু চুম্না তাকপীয় নত্রবদি। (লৈরোই লৈফাই ত্তৌনা)

চিংখুবা— নোংবান ঐগীদা লাকই, ইমোম নাদে, অনাবা হোই। মদু ফনবা শগোল ত্তোংগে হায়ি; তুংদা থোক্লগদবা খঙদবনীনা শগোল ত্তোংহন্নুরে— অদুদৈ হাঙয়র তাইমম্বা নাইদনা লাঙোই

অহুমক থৌথরে। ঈবেম্মবু শঙাইদা লেপ্লক্লব্রা হংলে। ঐনা নোংবানবু ঈচা পি-নাম্বদি হাঙইহুনা চৈথি, মাস্থু অহুম্‌চংথা।
খোংলেন— করে মনাও ঈবুংঙো, বাথোকসি তেনশিনসি। অমত্তা চেনবা হাঙইদো। (মরকসিদা অতৈ অওম্বশিংনা লাউরকই)
অওম্বশিং— ঙথোবা! করো অউরাই ১৫হুগী মপাইস্থু লৌবীয়ু।
খোংলেন— লৈবাক অমুক্তা ভাইবীখো, লৌখৎ থোকই মহু কোম্না লৌগনী। (নিংথৌদা ওল্লিল্লগা) ঈনিংথৌ বারী মরু থি-রবদি মজা ঈবেম্মা থোক্লেদো।
নিংথৌ— চুম্মী ঈপু। ঈচা-মীচা থিকদে, অকা মচা খাবীয়ু কৌহনসি ঈপু।
খোংলেন— চুম্মেদো ননাই শোক্তা অঙাওববু ভাকপীগনী। নদাই-রেম ঈচা থম্বদংগা তুক কৌহনবীগম্রা?
থাঙ্গমাকপা— করিবো থম্বা মাস্থু চাউমল্লিদনা।
তোলোংথোম্বা— মাল্লি অওম্বা। শা ওইগে ওইসম্নু লান ওইগে ওইসম্নু, কংলা তোমান পুংথোন তারবদি কারবকৈনা করিনো?
থাঙ্গমাকপা— মহুদনী, মজা ঈবেম্মা কাঈ হাঈবদা ঐথোঈনা থাজরিবা।
নিংথৌ— তপথবীথো অওম্বা! হাকমহু মীগী মুমাঙ শিংলুবা তুক থোকই। ইদাইরেম থম্বা চাউথোকপা, মথৌ থওদবা নত্তে, ঐগী য়াথং লৈবক্‌গী কারক্তবনী। কাওক্লাওদা হাঈথি— ঐগী য়াথং মত্তনা ইদাইরেম নত্ত কেগে চৈরাপ অমদি কোক্লুংদা

কাররকনে, তো-অদুনা কারক্তরনী। হাঈ অকা মচা! থীজে চৎলু। (অকা মচা চৎখি।)

চাউবা— ঈনিংথৌ ঈবুংঙো! কেগে লৈবাক তিনবদা মজা ঈবেম্মা পম, ঙাঙনা হাঈনরকপা কদি হাঈমা কৌন-ঙাঙনগদগে? ননাই ঈপুবু খঙজনিঙিঙদা।

নিংথৌ— কদি বানো ঈপুগী বাসিবু পাইমা সু বংলে, কিগে শেংবীয়ু ঈপু?

চাউবা— অসিনিরা ঈনিংথৌ। মজা ঈবেম্মবু মজা ঈবেম্মা হাঈগত্রা নত্রগা অতৈ··· ··· কদি··· ···?

নিংথৌ— কদি বানো ঈপু নোংথোন? মজা ঈমেম্মা, মমৌদা মমৌ ঈবেম্মা, মসুদা মসু ঈবেম্মা 'সুম্না চৎনবদাইনে, অরাম মচা ওইরগনা নহা হুবি 'সুম্না হাঈনৈ; হৌজিক্তা নবামচানদৌগুম ঈপুনা।

চাউবা— ঈনিংথৌ! নজা ঈবেম্মবু কেগে লৈবাক তিনবদা— মরা লৈবা মুপীকনা 'সুম্না ঙাং শকপসিদি?

নিংথৌ— কনা-কনানো নোংথোম্বা? (থজরাকপা খঙপ্রেক থংই, চাউবদা থানা ল্লেংই।)

চাউবা— ঈতোন থাঙরাকপনুচিংবা ননাইশিং কম তারগা মাথোই অসিনী।

নিংথৌ— হিঃ— ওয়াঙঙা নাইবা কমসু নত্তে, অহল ওইরবা কয়াইবশিংনা অদুম্বা থৌগল্লোন শীজিন্নবদি খুদৈশেল-কাওশেল

মাঙদা থাহনা কেগে চৈরাপ্তা ফষ্বি কম্বগী লেমজনিংঙাই কৈদনো?
(নিংথৌ শাউনা লৈথোক্তনা লৈ, চাউবা থোংলেন য়েংনহনা নোকই, চিংখুবনা অনিদা থানা য়েংই, চাউবা-চিংখুবগী মাঙদা তৌগে হাঙ্গবগী মতাঙুম ফম্মাইবশিংগী ম্যাঙদা তুবৎ-তুবৎ চত্তুনা)
চাউবা— ঈনিংথৌগী পাঙ্গমা পুকনিঙ তুক ঈংম্রিঙ্কাওবদি—লেঙখৎসি, অঙম্বা লেঙখৎসি। (মঙক-মরু হাইহনা মথুং থৎলি, তানথংলি, থাঙ্গরাকপা অমম্তুং তোলোংথোম্বা মথোঙ্গী অনি হৌ-গৎনিঙদনা হৌগৎলি, নিংথৌ থুরুম্মী, থাঙ্গরাকপনা চাউবগী নাকোংদা লোম চীয়োন হাঙ্গকেৎ তৌরম্নগা মুঙাইতনা য়েংনৈ, চাউবা-থোংলেন য়েংনহনা নোকনৈ, মরাম পুম্নমক তুমিন তুমিন লৈনঞ্জে।)
থোংলেন— লৈপাক কচা মতীক মথৌনা লৈবা, থকশি খাশি থঙবা কনা কনা লৈবা! কমহুৎ হাপ্তবা য়াদে। (চাউবা কেরুক কেরুক য়েংহনা মপান থোকখিগে তৌই, থোংলেন মরম থঙল-হনা—) ঈতাও চাউবা!
চাউবা— হাউনে ঈতাও।
থোংলেন— নঙগী মপান থোকপীদো হৌরগেরা?
চাউবা— পুকসি কয়া মুংঙাইতহনা, কুইরোই। (থোকখি।)
থোংলেন— অথুম্বা চাবসে পুক য়েকপনীকো। (চাউবনা মপান থোকপগা অঙম্বশিংগা ঙাংনা-শানরিবস্ত য়েংই, নোকই, মরম থঙলহনা মঙক নোম্মী, মুংঙাইনা য়েংহনা লৈ; চাউবা মপান্দগী

রা ভাংনা ভাংনা চংলকই। )

চাউবা— লাল্লে হাঈবদি খঙলত্রা। নরৌশিংদি লৈতনা করিগী (নিংথৌ থুরুম্নগা—) ঈানঃথৌ! ননাইশিংশি কুইনা থৌগল কং-জরক্লবা ঙাকনী; হুন্দকৌসিন্তঃদি—

নিংথৌ— করে করে ঈপু নোংথোন, অহল ওইরবনা খৌগলোন খজিক খঙদবদুদা।— (অঙম্বশিং মথুং খত্ত না কৌশিল্লি, নিংথৌ থুরুম্মু হাঈনা ভাকই। )

চাউবা— ঈনিংথৌ! অহল ওইরক্লব কৌবদি, পাঈম লৌশিং চোইরকইদে।।

নিংথৌ— কম্লাইবশিং! নকমলাংদা কম্বীরো। (অঙম্বশিং নিংথৌ থুরুম্মী, কম্মী। )

থোংলেন— ঈনিংথৌ ঈবুংঙো!

নিংথৌ— ঈপু হঃঈবীসি।

থোংলেন— নজা ঈবেম্মসিবু, মোইরাং কম্লাইবশিংগা কনানা মকোক কমকম থোকপগে?

নিংথৌ— করি বানোনে ঈপু, ঈখঙ খঙদ' নবাগুম,— মমা, মমস্থানশিংগীদি মখাদা কম্লাইবশিংগীদি মথক্তা ইমোম্না কম্বা হৌনৈ।

থোংলেন— খঙবু খঙত্রবদি ঈনিংথৌ! নবা মাগা অমস্থানিদো। নজা ঈবেম্মা হাঈববু, কেগে চৈরাপশিদদি পারি ঈচা খম্বনী। ননাইনা 'মুক মথক্তা?

নিংথৌ— চুম্মী ঈপু। (খম্বা থুডঙলকই, নিংথৌ রুম্মী। )

লোংলেন— পাখি শাজো ! (থোংলেন, চাউবা পুম্নমক থুরুম্মী। )
খম্বা— ঈপা ঈবুংঙো।
থোংলেন— সে-সে, সিদা কম্মু। হাঈ হাঈ মুবা ! নবুংঙোগী সিদা। ( মুবনা নোংবানগী মথক্তা কিদা থারুরে, কিদা থারুবগী হৌগৎলকপদা শৌরা মুবদা শুকত্তোকতুনা শাউনা য়েংলম্বা উই; মুবা মথা ক্রক ক্রক চিকই; চিংখুবা-নোংবানসু কি-কি কামহুনা শাউরে। )
মুবা— মী য়ৈনিংঙিদা ! ( মপাম্বোম গ্রি গ্রি তিংই। )
শৌরা— মী হাৎনিঙইদা। ( মথা চিকই, মকি থরা তাখৎ-য়েপথত্তুনা তুং থরা থরা হল্লি )
মুবা— কনাবুনো হাঈ ? (শুম থরা থরা চঙশিল্লি। )
শৌরা— নঙবুনিদনা হাঈ। ( কি শেম্বা লোইরে। )
মুবা— শকখীব।
শৌরা— উচুঙ মানবা।
মুবা— মুপীন পামদবৈ মনাই, হৌদোং মানবসিগা।
শৌরা— মুপী হুরানবৈ মনাই, লৈবুঙ মানবসিগা। ( অনি থোংথোং শানা লেপ্লম্বদগী মুবনা তাপ পাঈহুনা শৌরা খুদোঙ পুখৎল্লে, শৌরা নপ্পী। )
চাউবা— শাহিঙ মশেন য়ৈনবা, লাল-হিং মশেন থিরবা,— চারে চারে। (মুবনা শৌরাবু থাথখি। )
থোংলেন— মুবা ! ঈ-রা, থৌগললে নিলোনখু থঙদবহাঈবু।

(মুবা ফুক হৌগৎলি, খম্বগী মনাক্তা চঙশিন্দুনা লেপ্পী।)

মুবা— থুং পেল্লে।

শৌরা— অচিকপদা খঙওইজ্রদো। (মখোঙ শেক্লা নোংবানগী নাক্তা চঙথি।)

নিংথৌ— ইদাইঘেম খম্বা!

খম্বা— ঈনিংথৌ ঈবুংঙো। (খুরু থুদক কুন্দুনা লৈ।)

নিংথৌ— নোংবান্না মরানয়াইদগী খম্বা নঙনা ইমোম লাংলেন কাহুনা পুবীগ্রে হাঈহুনা লৈবাক্তা বাকৎলি। বাখোকসিদা নশাগী অচু-চুমদা লৈবাক্তা হাঈয়ু তাসি।

খম্বা— ঈনিংথৌ! ননাই,ঈতাওগী বাকৎ অৱানবনী। অহুগা লাঈৱরবস্থ, ঈনাক খুনবা ঈতাওগী চরৈ ফিমন খুনগে, লৈরাং লৈমন চিনগে হাঈবা বাখনদি খঙদে। ননাই ঈরানয়াঈদগী লোঈদা থাবীথিবা মক্তা ঈবেম্মা, বাক্লোন নিংথৌনা কৌথৎপীরে তাকপী, অমুক লাঈৱবা ইগাইকাদা লেঙলকলে। মসিদগী হেনবদি ননাইনা খঙজবা লৈজদ্রে।

নিংথৌ— উম, কোওয়াম্বা!

নোংবান— ঈনিংথৌ!

নিংথৌ— নতাওগী পাউথুম লৈপাক তারে, থৌথোক অসি খঙহো-উহোবা নঙগী মী অমদি ইমোম লাংলেন কান্না লাকপদ য়াওরকপা নতাওগী মী নঙনা খঙবা মী কনা লৈ হাঈয়ু তাসি।

(চিংখুবা-নোংবান অনি ওহাক কেরুক-কেরুক য়েংনহুনা লৈ)

নোংবান— কনা 'মত্তা লৈজদে। (ময়াম মুকুম মুকুম শোয়ে)
নিংথৌ— ঈপু নোংথোন!
চাউবা— লৈকোঈ মপু।
নিংথৌ— বাগী পরম থিছুনা বাপা চা-না, মপান থোগ্গীবোনে ঈপুনা।
চাউবা— ঈনিংথৌ ঈবুংঙো! নদাইরেম অনিগী বাসি ননাইনা তাজবদা বাকোক থামলে, নোংবান্না মজা ঈবেম্মা লাঙোই তোংখি অমদি মজা ঈবেম্মা বাঙোন তম্পাক য়ুমদা লেঙলক্রা হঙংলৈ চাঈবা বাকমসিবা মনাও ঈবুংঙোগী বানী। অছুগা মজা ঈবেম্মনা লাঙোই তোংখি বাঈবসিমদি ননাই নাইজহনবনদ্রু অছুমক বাঈপ্রে। যসিনা তাকপদি মজা ঈবেম্মা মোইরাং নোংবানগা পুন্না লেঙঙে অমদি মজা ঈবেম্মা অঙোম ময়ুম্লাক্কা থুংদে তাকপনী। করে পুন্ন-কসি তোক্লসি, কোওয়াম্বা!
নাংবান— ঈপল ঈবুংঙো!
উবা— নগাই কাদগী মজা ঈবেম্মা নতাও থম্বনা নমছুনা কাবীপ্রে ঈবসিনিনে নঙনা লৈপাক্তা কৎলিবা বাকৎ?
ংবান— ঈপল ঈবুংঙো ঈপল ঈবুংঙো!
উবা— অতৈ অতোপ্পা 'মা লৈতেনেকো?
ংবান— লৈজদে ঈপল ঈবুংঙো লৈজদে!
উবা— লৈত্রেকো?
ংবান— লৈজদ্রে।

চাউবা— মজা ঈবেম্মগী কবো অউন্নাই তম্বা মীপা তরাগা মঙা অহুদি নঙগীদা লৈরকপ্নি (তাইহাক ইক-আক তোক্রবগা)

নোংবান— লৈতে।

চাউবা— করিগী লৈতে ?

নোংবান— ঐগীদা থুংলদে— অহুনা লৈতবনী।

চাউবা— কনাই'দা লৈ ?

নোংবান— ঈতাও থম্বগীদা লৈহৌই। (চিংথুবদা কেরুক কেরুক য়েংই।)

চাউবা— উম! নঙ মহুন্না উরকপোরেকো। (নিংথৌদা)— ঈনিংথৌ ? পুম্নমক্লসিনা তাকপদি মজা ঈবেম্মা অহোম মগাইকাদা থুংদে, মাকলোয়েন থম্বনা মমোম ঈবেম্মা কাদে। মোইরাং নোংবান্না মাগী লৌতুনবা মাথা মীওইগা তানহুনা লৈরাক বাথোক ওইনবা, শীনবা থৌদাং তশেংবনী। মথাদি ঈনিংথৌগী য়বা নোংদমখোন। (চিংথুবা চাউবদা থানা থানা য়েংই, চাউবা খোংলেনগা য়েংনহুনা নোকবৈ।)

নিংথৌ— ঈমোম লাংলোন খোইবাসে ঐনা পোক্তে থম্নদবা ঈচানী, অহুনা ঐগীদি মমাংগৈদা শীঞ্জে-লোকঞ্জে। অহব শানৌতোন! নঙনা অপোকপা মপা কৌই ওম্মী হাইহুনা শাম্লুখোয় য়েংলে, অমুক লোইদা থারেদৌ, বাকমসি হৌজিক্তি ঈনাওতোনগী হক খোকলে অপাম্বা অহু লৈবাক্তা…। (পুক্রিং মুংঙাইতনা লৈ)

খোংলেন— মনাও ঈবুংতো মথং থনববু!

চিংখুবা— ঊপু।

থোংলেন— নন্নাই ঐখোয়গী ময়াম্বুংনা চত্তাকপীরিবনিমক্তাই,— লাইগোই তোংখি মজা ঈবেম্মা লেশুকপ্রা। হাঙইরেস্ত মনাও ঈবুংঙোনা মত্তাকপীরি।

চিংখুবা— ঐগীদি শগোন তোংগে তোংওই। তোকউ কাগেস্ত কাও কারোইস্ত তোকউ, ঐদি নুংকুখত খঙজে, ঐগী হাঙইববু মোইরাং নোংবান্দা ঈচা পীরে। (শাত্তুনা)

নিংথৌ— করম্মা শানৌতোন? নত্তীরু কবি লৈজহনা।

চিংখুবা— য়াম্বুং পীথোকখবনীনা পীরে।

থোংলেন— মনাও ঈবুংঙো পীবীয়ু পীবীয়ু। নয়াখংমা পীখিবা নমোম অহুম ওমবা পীবীদুবা য়াদে পীবীয়ু। লোইদনা কারকপা নজা ঈবেম্মদি ওন্মে লৌনি ওমত্রে তোকচগনী।

নিংথৌ— পীখো শানৌতোন পীখো।

চিংখুবা— ঐগীদি হাঙজখিবহুনী,— নোংবান্দা ঈচাং পীরে।

থোংলেন— কোঙয়াম্বা! নওদি কমদোই।

নোংবান— ঈমান ঈবুংঙো! খুত্তা পাঙইবা [illegible] থাদোকপাদি ওমজরোই।

থোংলেন— অহুদি খুংলাই পাঙইরো, থোরককো লাল থৌবা তারে। শরিশো! কনা থাম্বা য়ারোই, মপাগা মপাগা মচাগা মচাগা, খুংলাই পাঙইয়ু ঈ-য়া! (থোংলেন মথা কিকতনা কি-কি কাম্মী।)

নিংথৌ— চুম্মী, অঙোমগী ঈনাওতোনগী চোংথোকপীরো। শানৌতোন্না অঙোম মথৌ শঙবনি; য়াম্নবীরো মাঙগ্রসগী মোইরাং লৈপাক তুমগ্রসগী। (মুবা-শৌরা মহৈ মহৈ মথা চীক্লুনা ফি অমুক শেম্নরে।)

থোংলেন— পারি শাক্লৌ!

থম্বা— পম্লৌ অপোকপা।

থোংলেন— ঈ-য়া কৈদৌরি? অততাই নুত্রা, থোকউ লানগী-দমক শেম-শাঙ। (থম্বা হৌগত্তুনা নিংথৌ থুরুম্নগা থুরু থুদক কুন্দুনা লৈ।) কোঙয়াম্বা থোরকও। মনাও ঈবুংঙোগী ননাই থোগন ফংজগে— লেঙথোকসি। (নোংবান চিংথুবা থাঙ্গরাকপা মুগুক মুগুক য়েংনৈ, মরু লুকথখি; মুবনা শৌরাবু থুং হত্তুনা কৌথোকই, শৌরা মথাদি চিকই রাদে, নোংবান কেরুক কেরুক য়েংই।)

নিংথৌ— লাম্লোই তানবা ঈপু! অমুক্তা তপথবীথো, ঐ থঙই, চীল অমা পাম্রি হাঙ্গিহনা অহুক ঙাঙজবা হাঙ্গিবহুনী। তাবীয়ু লৈবাক পুম্বা। থম্বা-নোংবান অনিমক মতীক চাবা ইদ্যাইরেম ঙাকনী, অমনা হেন্দে অমনা বাক্তে। অহুবু নিংথৌ ঈচিল-ঈনাওগি পারি পোক্তে ইমোম অনিস্থুনা ফুইদে লাংলেন মদোম্ন পোকচবনীদো। অহুনা, ইদাইরেম হুংশি, অনিমক হুংশিকদে, পাম্মী অনিমক পামকত্রেদো। তম্নুম নোংবান। হাঙ্গিয়ু— ইমোম লাংলেন নত্তবা কেগে মোইরাং অসিদা নঙনা থোঙ্গদাবা চহু নিঙ্ঙোল

অমা থল্লু; চাম্ম-চাম্মনা থুজীং ওই, ঈচা শক্লা কোওয়াম্বা নঙোন্দা লুহোংগে, করি হাঈবগে ?

নোংবান— মপুই নোংদম তম্বীবা ননাইগী লাইবক কবনী ঈনিংথৌ, অদুমদি ওইরবদা অরাম চঙ্গনা লৈম-শীজ শাবদি ননাই ঐদি পামজদে।

নিংথৌ— থওজে নোংবান লৈরোকো। তয়ুম থম্বা।

থম্বা— ঈনিংথৌ! (চাউবা-থোংলেন মথক্তাই বানা লৈ।)

নিংথৌ— ঐগী মাঙ্গী য়েংহুনা, কেগে-মোইরাং লৈবাকসিদগী ইমোম লাংলেন নত্তবা চপুরা অমত্তং থল্লু; মাবু লুহোংলগা পারি ঈচামক্কী থল্লুনা ইদাইয়েম নওবু কোনগে, করি হাঈবগে থম্বা ?

থম্বা— মপুই য়াথং ননাই ইঙ্গাদবগী ঈনিংথৌ! (ময়াম বা লাউই, মুরুম মুরুম শোম্ব-জাওনৈ; থোংলেন শাউনা)

থোংলেন— ঈয়া! মৌকিথি— মপা মপুগী মাঈমু য়েংদা। (থোংলেন-চাউবা তৌকম খওদনা মখুৎ-মশা প্রোক প্রোক থেকই, মুরুম মুরুম শোন্দুনা লৈ।)

নিংথৌ— কদাই ইদাইয়েম হাঈয়ু, নহাকী বাসি মচেক লাইবত্তম তৌই ? (থোংলেন-চাউবা করি হাঈরকদগে থম্বা পুক্লিং চঙনা তাগদ্রবগী ভাইরি।)

থম্বা— ঈনি থৌ ঈবুংঙো! কেগে মোইরাং লৈপাক 'সিদা লাইর' ইঙ্গোমতা থংয়ৈ অয়োং চেংলরা ননাইনী, অদুবু লৈপাক নিংথৌনা সুংশিরীবদগী মজা ইবেম্মা থাদোই, হৌজ থোংথাং

অহুমলক পীবীগ্রবনী। ওম্মী কৌথত্তুনা লোইদা থাবীথিবা ননাই করিম্নু হাঙ্গিজদে। বাঙ্গোন নিংথৌগী য়াথংনা মজা ঈবেম্মা লোইদগী কৌথংপীবনী; লাঈরবা ঈরান্দা থুংউ য়াথং লৈত্তে, কৌশিঞ্জবা ঈতীক লৈত্তবনা ননাইনা মজা ঈবেম্মবু কৌশিঞ্জবম্নু নত্তে। শাদানবগী.ত্তেন কিরবা শক্তি অমোমগুম ইগাইকাদা মজা ঈবেম্মনা লেঙশিল্লকখিবনী। চংজররুবা অমবু য়েক্লবদা তরাইনা শিম্নবদি, চানবীয়ু ননাই ওমজগোইদৌরি ঈনিংথৌ। (হরাওনা—)

থোংলেন— হি-হি চাউবা!

চাউবা— অথৌবা, মপাগী মচানীনে মপাগী মচা! (অনি হুরাওনা নোকই।)

নিংথৌ— করে অহুদি, তাবীরো লৈবাক পুম্বা! থম্বা-নোংবান অনিগী অরোঈবা বায়েন্দি— চাঈনা পুঙ থোল্লগা মথুং চাবাচাবা হাকথং তা তিমেন মথুংগু পাঈনহল্লগা চাঈনা থোংব্রেন হা নবা অসিনী। ময়াঈবক কবা য়াইবী মাঙহৌদবা তম্বা মহাক অহুনা ইমোম লাংলেন থোইবী ক.বা ওইরসন্নু। (ময়াম চপ মান্নবা তুমিন তুমিন লৈনখি; মতুংদা—)

থোংলেন— ঈনিংথৌ ঈবুংঙো! ননাই ঈচা থম্বাদ অরানবনা, অহুনা তাসি কোন্না হুজসন্নুনে। (থঙপ্রেক থংনা—)

চাউবা— করি প্যাথৌ? ঈমাকনা করিগী কোন্না হুনগনী?

নিংথৌ— অকোন অহান নাইকরোই, পুংজা থেঙোং য়েংলগা মিরুপ অমত্তগী মহুংদা চাঈনা থোংব্রেন হান্নগদবনী। তাবীয়ু

ঈপু শোজো, থবকসি ঈপুনা পাওথোকপীগদবনী। (নিংথৌ শাউনা লৈ।)

থোংলেন— ঈনিংথৌ ঈবুংঙো। কোওয়াম্বা!

থোংলেন— ইমান ঈবুংঙো।

থোংলেন— পারি শাজো!

খম্বা— পম্মৌ, অপোকপা।

থোংলেন— থুংলাই পাঈয়ু, লৈপাক বায়েন্নি ঈনিংথৌগী য়াথংনী, নথৌ পাওথোকনৌ। (নোংবান হৌগংলি— নিংথৌ থুরুম্মী, চিংথুবা থুরুম্মী, চিংনা য়েংলম্লগা থোকখি; চিংথুবা হুংশিনা য়েং-হৌই; শৌরা পেহৌ পেহৌ তৌরম্নুা ইনখি; খম্বা হৌগংলি নিংথৌ-চিংথুবা-থোংলেন-চাউবা থুরুম্মী, অতোপ্পা নাকল অমদা থোকখি, মুবা তা পুহুনা ইন্নখি।)

তাবীয়ু লৈপাক 'পুম্বা। খম্বা-নোংবান অনিমক মাগী মাগী ফৈবোম ফাওবা মালেম লৈদা ফুমগদবনী, অদুগা লাইজ থিকলেন চাইহুনা শুজিল্লু। (থোংলেন-নোংবান্না থোকখিবা মাইকৈদা থোকখি; ফুবালাগী হন্নুবা মৈহুম মোরোক পাঈহুনা, লোক থুনা থুনা চঙ-লকই; চাউবগী মাঙদা থুরু থুদক ফুন্দুনা নিংথৌ থুরুম্মী, মরোল হাঈদে লোক থুহুনতা লৈ, ময়াম তুমিন্না হুংগুক-হুংজাননা লৈ।)

চাউবা— ছিঃ ফুবালাগী অহম্নিনা! ঈপু করি ওইরবনো?

অহন— মোইরাং ভঙম্বা থোইরেম্ভাক্তা পাম্বনা মী শোকলে। (মনা পংতক তৌই।)

চাউবা— নীপারা মুপীরা ঈপু ?
অহন— কমদৌরা ? (লোক খুই।)
চাউবা— নীপারা মুপীরা হাঈবনে।
অহন— মুবা লাইবক চাউবী কোংয়াঙ্গম চমুনী। মুঙ্গা কো-লোঈনা অচাঈমান কৌই।
চাউবা— মকম কৈদা করি মুংগী পাম্বনা শোকপনো ?
অহন— থোইরেম্বাক হুরাংত্রোকী লমদমদা থাদৈ লোঙাকপা শাংলো মচন থিবদা ওইরমাম্লে অঙম্বা।
নিংথৌ— পাম্বনা শাহুরবা লাইবক চাউবী নুরা 'হুদি ?
অহন— থৌজিককাওবা মপা থিবা কংত্রি, পাম্বা মাবু কিবন কনা মকমহুদা চঙবা ওমত্রে।
চাউবা— নুরা 'দো পাম্বনা শোকলে করম্না খঙই ঈপু ?
অহন— মরাম্দা অহিঙ হমক্লে, হাঈহুনা ঈমুং ঙানবগা মাবু পোকপা পম্বোনা থিরবদা নুরা মাগী থাদৈ লোশংদা ঈ তাই, চরৈ নুমথাং মচেং মচেং, শমলাং মতং মতং চোইনা তারম্মী।
চাউবা— মুমিং কয়ানি মুরে ?
অহন— অরাঙ অহিঙ থোকখিবনী, ওসি ঈমুং ঙানবদা খঙবনী।
চাউবা— মকম 'হুদৈ পাম্বা হেন্দোকাখিত্রিবো ?
অহন— অওম্বা হেন্দোকখিত্রি, খুঙ্গা মচানা মিকুপ-নাহুম খিংনা ঙাক্তুনা লৈরি। (চাউবা বাথন ওহাক তোরগা—)
চাউবা— উম ! করে লৈপাক থৌহুনা পাম্বা মাবু চনবা থুনা

কুমগনী, হয়ো নরান্দা। (অহন নিংথৌ খুরুমগা লোক খু-খুহুনা থোকখি।) ঈনিংথৌ ঈবুংঙো! নদাইরেম খম্বা নোংবান অনিগী অরোঈবা রায়েন; চিঙ্ ঈবুংঙো মোইরাং থাঙজিংগী খমুম লাই-পাউ নত্রিবরনে লৈকোই মপু?

নিংথৌ— করম্না ঈপু নোংথোনে?

চাউবা— ননাই অনিগী চাইনা তাকাহনগে, অহুগা খম্বা নোং-বান অনি থোইবেম্তাকী পাম্বা কৈ চলহনসি; মরাঈবক থীবা পাম্বা কৈথা থাখিবনা মাঙজবা, পাম্বা কাবা ওম্বহুনা নজা ঈবেম্মা কংজ-রসনুনে ঈনিংথৌ।

নিংথৌ— চুম্মিদা ঈপু নোংথোন! ঈথৌ থাংজিংনা মগুবু কুবী-রবনী। নিংথৌ ঈয়াথং'দৈ মুংশিরবা ইদাইবেম অনিগী মরক্তগী কনানা য়াইবী মাঙলগবা খমুবদা পাঈমসি মুংবংলবনী। করে, ঈপুনা পাম্বীরিব'হুনক শীমবীরো।

চাউবা— ঈনিংথৌ ঈবুংঙো! (খুরুম্মী, মমাই লৈথোক্লগা খম্বা হন্দোক্লগা, খম্বা নোংবান অনি তা হুমগে তৌবা উই, খরা কিংনা মথুং অনি থাজত্তুনা—) তাইথো খম্বা নোংবান অনি! তা কাথো। তাবীমু লৈপাক পুম্বা! খম্বা-নোংবান অনিগী চাউ-না থোংত্রেন হা-নবগী মহুত্তা হয়েং ঈমুং তানবগা, থোইবেম্তাক ইরাং-ক্রোক্রী লমদমদা অতাওবা পাম্বা কৈ চলহনগনী। অশোকপা তম্বহ্ শোকলে, শিজবে, পাম্বা কাবা ওম্বা থীপা অহুদা মজা ঈবেম্মা থাজরগনী ঈনিংথৌগী য়াথংনী। (মপান্দগী মীয়ামা রাবে

য়ারে, হুংগাইরে হাঙনা লাউনরকই।)

নিংথৌ— ঈপু নোংথোন চেংলৈ লাকপা। সে সে, (কি লৌ-থোক্নবা) নরৌশিংনা নিংথৌ ঐগী থাম্বৌ মৈগুম শারবা পাঙবা পীবুকঙ্গুংদা লাইজ থিকলেন চাইবীরে; মসিগীদমক ঐগী চৈর নম-থাংসে কংজরোকো অওম্বা। (চাউবা হরাওনা থুরুম্মী, নিংথৌনা হৌগত্নবা চাউবদা কি কুম্বী।)

ফম্বাক মমথে। মাঙথল থাথে।

Drop — (2)

# অহুমশুবা তাঙ্কক

১ বা উৎপা। ঈপুংকোমগী লম্বী।

মতম— অয়ুক।

মী— নোংবান, শৌরা, থম্বা, মুবা, থত্রাকপা অমম্থং থোংলেন।
(শাপোৎ-লানপোৎ শেত্না নোংবান শৌরাগা চঙলকই।)

নোংবান— হাই, শৌরা!

শৌরা— ঈঙো শেলুংবা।

নোংবান— মীনাই অতৈবু মাঙদা চংশিনবরনহৈ?

শৌরা— চৎত্রে ঈঙো শেলুংবা, ঈপুংকোমগী লমদমদা ঙাইহুনা লৈরিবসিনি।

নোংবান— উন, ঙাইসম্মু; মফম অসি ঈতাও থম্বনা লাকদবা লম্বী 'হুক থোকই ঙাক ঙাইখিসি।

শৌরা— করিগীনিনা ঈঙো শেলুংবা?

নোংবান— খোইরেম্বাক য়োক্লহুনা মজা ঈবেম্মা লুহোংবদা থীরং নবনী, অসিবাইদা হেকমা লোইশিনরগা লোইরেদনহে ঈয়ো।

শৌরা— লৈবাকী বাদি অহু নত্তেনা ঈঙো শেলুংবা।

নোংবান— মীনাই শিংগেজনসিদি, লৈপাক্না লৈপাকনী, ঐনা ঐনিদনহৈ; ঐসিবু লৈবাকীদনক হিংলিব্রো? কোংয়াম্বা ঐগী খোইবী লৌম্বা হোৎনবা যৌরমগা লৈপাক-মিংথৌগা মরী করিম্

লৈনদে খঙলব্রা ? চৎলু লাঈরবা মচাদু লাকপ্রা য়েংউ। (য়েংলগা)

শৌরা— হাঈরিবৈদো খুমন নতাও খম্বদি য়ৌবু য়ৌরকলে।

নোংবান— হা ? চৎখোকউহাঈ, (খম্বা লাকপা মাইকৈদা ওন-শিন্নগা—) হো ঈতাও খম্বা! (খম্বা মপান্দগী "লাকচরে ঈতাও লাকচরে" খুমলকই।) শৌরা ঈবো লাঈর মচাসি ঐগী ইখোঙ্গা তাবদা কিরমান্নেনবে; হাঈ হাঈ লাকয়েবু হাঈৎসাই। বাঈনবা পোৎকুম থমলিবা, নিংথৌগী মচাগা ওইরে অবাৎ-অপাগা লৈত্রেদো ওয়াংদা মজা ঈবেম্মনা খোংবা অহাও-অথুম চাবা ফংজবদা মহৌশা ফংজরক্কবগী হৌনবা, তাংজ লিল্লবোপ্পা কোম শেমবগুম শেন মখোঙ থাংদোকপা কাউত্রাবাই, লাকয়েবু হাঈবশাইনে। খোই-য়েন্তাকী কৈদো পাম্বা মচিন্নাক থিজবনী চানিঙবা চাজসনু, নোং-বান ঐগীদি লাইর মচা নঙবু কারগা নম্না কবাক খন্দুনা নিংথৌদা পুখৎকে খঙগনীদো। (খম্বা মন্নুংদগী "করি নোংবান ? চুম্না খেঙইদা মহাঈরু, ঐসু খেঙব্রে মহাঈরি, নঙনা করিদা হেন, ঐনা করিদা বাৎলি লৈরম্মু। শাগৈ মশেন বাৎনদে ঈপা-নপা হেন্নদে; হাঈ, নোংবান ঈকাঈত্রা ? নিংশিংউ শঙ্গেনবৈগী চেপচিংদা মুক্কা থাথিবা, কোম্না কুম্বা ঐহাক্না কাকতা লমজেম খোইথিব ? (মন্নুংদগী চেম্মোরক্লুনা নোংবান্দা শগোন শাজৈনা কনগে তৌবদা নোংবানসু খম্বদা তানা থিনগে তৌই, মুখনা নারোম্দগী হাই-জিন্নক্লুনা নোংবানগী তাখোক কাম্নুনা মুনশ্রে, মচু উবদা খম্বা নোংবান্দা থুংলাই থাজে, মুবনা তান্নু লাওক্না য়ুংশ্রে)

থম্বা— বাম্বা ! করিগী ভাকারুরি ? ঐস্ন থেজক্লে মরাকই, করিগী অছুক থীনা চাঈবগে ? (খোংবান শাউনা মথা চিকতুনা লৈ, মুবা শোৌবা কি শেন্নরে।)

শোৌরা— শামু হবাইমানবা তুজোম্বা ! কাপোল মানবা পুকংবা, মপু মশেন রৈনবা মীনাই নশিল করি লৈ ? ঐদি মীচং চংদেনা।

মুবা— হুপীনা পামদবে মনাই, নমিৎ অছু লৈজেংগীবা ? ঈবুংঙোতোনগীদি শাজৈনি, করিগী তানা শিঙবগে ? (অনি চোংশিন্নহুনা, শোৌবানা মুবা খুদোং পুখৎলে। মতম অসিদা মপান্দগী থজ্রাকপনা লাউরকই— "পাগ্রি খোংবান কোংরাম্বা ! লমজা মাগী কনা লৈত্রিঙৈদা লোইথোকউ, ঈপান্ন লাকলে"— বাসি ভাবদা খোংলেনস্ন অতোপ্পা নাকল অমদগী লাউরকই— "পাগ্রি নোংয়াই শাজৌবা। ঈপা লাকয়ে চিংনগন্নু। অতোম মপা মচাদো থংলু হেনহনখিগন্নু।" বাসি ভাবদা থম্বগী মী লাকয়ে থজলহুনা থজ্রাকপা— "থম্বা-খোংবান অনিমক, মরূপ কৌবদি ফুনা-চৈনবা হৌনদে' পাগ্রি অনি থৎনগনো থৎনগনো। খোংলেন্দা— ঈবাই লাম্নোই তানববু, লাকপীবু ঙৌং অনিসি রৈসি।" বাসি ভাবদা খোংলেন— "পাগ্রি নোংয়াই ! অতোম মপা মচাহু থংলু" মপান্দা খোবকলে—)

খোংলেন— হেন্দোকহনখিন্নু, ঈ-য়া খোংলেন ঈতিক থঙউদো। (মখুৎ অনি চঙহুনা থাং হাইগথলে, থজ্রাকপা কিনা তুং হন্না হন্না চৎপদা লোংবা তুরে, খোংলেন থজ্রাকপগী মঙক তম্না থাং

হাইখিবকনে খম্বনা চৈথশিন্দুনা খোংজেনগী থাং কাপ্লে) খাদোকউ নহে পাগি। খুনঙ্গ নগী য়েক্লবা মক্ত কংনা খোইগে।

খম্বা— ঈপা ঈবুংঙো! খুংলাই পাঈদবা ইমাগি, অমুক্তা তপ-থনীহো।

খোংজেন— কনাসু লৈত্রিদ্রবা মোয়াই নঙবু হাংলু হাইখি-বদাইনে?

থত্রাকপা— করি হানো ঈবাইবো, নমাইদি হাঙ্গিজখিদেনা— নচা-ঈচা থংনরে থাম্বীনবা লৈত্তে থামসি লাউজখিবনী।

খোংজেন— অচ্চ, হাঈন হাঈরেকো?

থত্রাকপা— নজা ঈবুংঙোদা হংবিয়ু।

খোংজেন— হাঈয়ু পাগি হাঈখিত্রা? (তাইহাক খল্লগা—)

খম্বা— ঈপা ঈবুংঙো হাংলু হাঈবদি— নচাবু।

খোংজেন— ঐনা তাইঙম্নবোইরে। (মতম অসিদা শোরা মুবা অনিগী মুক্লা শোরাগী খুদোং অহু-থরা থরা অত্রুন শীথরক্তুনা মুবগী লোংখ্রোনা শোরা থাপ্লে) রা! মুবা! (হৌগজ্জুনা—)

মুবা— ঈঙো অঙঙবু। (খোংজেন্দা খুরুম্মী, শোরা মাক কন্দুনা হৌগৎলি; পেন্থো পেন্থো তৌই।)

খোংজেন— করি মতৌমোনহে?

মুবা— মুক্লা ঙাইজবমী অঙঙবু।

খোংজেন— অহুনি শার্কম-লাসকনবা চংপা হাঈবহনি। (থত্রাক-পদা) ঈচাবা হাঈনে হাঈরে চুকা তায়ে, লাউ অঙম্ব পাঈনা নাইহু কিশি থমরুসি কোমসি লাউ। থত্রাকপা খোংজেন কোয়ৈ।

অগ্নাক মমথে।

## হু-বা ভংপা— থোহরেন্তৌকী নিংথৌগী পনথোং।

### মতম— অয়ুক চাকচামাও।

মী— নিংথৌ; থোংলেন, খম্বা, মুখা, খল্লাকপা, মৌংবান, শৌবা, খলাংনিংথৌ, চাউবা।

(নিংথৌ মনাইশিংনা থৌগল তৌহুনা লৈরমী; থোংলেন, খম্বা, মুখা চঙলকই মথোঙ্গী থুদিংমক নিংথৌ খুরুম্মী।)

নিংথৌ— লাম্নোই তানবা ঈপু!

থোংলেন— ঈনিংথৌ ঈবুংঙো।

নিংথৌ— ঐদি কুইরেদা ঈপু।

থোংলেন— পাম্নি নদাইগুম খম্বগা লোঙ্গনজনিঙলদনা— ননাইব ঙাকপীগনী ঈনিঙথৌ

নিংথৌ— হাঙ্গদে ঈপু হাঙ্গজদে, শাউবদি হাঙ্গকগনু ঐনচুম থোইনা মুংঙাইজৈ। অচুবু— ঈপু নোংথোম্বদা পাম্বসিবু শাচুংকমদা লৈম্নিবরা নত্রগা হেনপ্পবরা হংবদা লৈরি-লৈত্রে অরেম্বা হঙ্গদে, ঙমাং য়াচঙবকাওবা শাগী মনিন তারম্মী, মতুংসিদি তাখিত্রে হাঙ্গী। নিংথৌ ঐদি থবাজী বারবনী ঈপু। মথৈদা নোংথোম্বনা 'চুক হাঙ্গবদি ঈতাও থোংলেনদং তুক লাকখিসনু, কৈনা হেনখিরম্মগা চাউবা ঈম্না কবাক খল পুখংগনু ঈনিংথৌ, 'হুম্না হাঙ্গদে ঈপু।

খোংলেন— হা-হা—পাম্বা হেল্লোই ঈনিংথৌ। তাম্বোকতুনহ চৎলোই।

নিংথৌ— করিনণো অথৌবা?

খোংলেন— নঙা ঈবেম্মগী থায়েন লাংওন ওইহুনা পোক্লবা পাম্বনী, খম্বা-নোংবান অনি ওইরি; কৈ তুম্মী ঈনিংথৌ।

নিংথৌ— অওইবরনে ঈপু?

খোংলেন— করিগুম্বা ঈনিংথৌ' কাদা ননাই খোংলেন হমুবা ওইদবা হন্জৎখিবা নৈরবগেনে ঈনিংথৌ।

নিংথৌ— অহুনবু হংলিবনী, শোঙ্গরোইকো ঈপু?

খোংলেন— শোঙ্গরোই ঈনিংথৌ, শোঙ্গবা খোক্লবা ননাই খোং-লেম্মা পাম্বা শরুক শিন্দুনা পয়ুংদা কৈ শাগনী; ঐবু থিনবা হানবা তম্বা নীপা অহুনা পাম্বা কাবা শকশমু।

নিংথৌ— ঈপু! নথাথং তারগা নগুগী চিংনবা কোকলে। মোংঙ অথৌবা! শরেং চৌংগী মাইকৈদগী কবুই শকওইবা অহলগী মওম ওইরবা তম্বা অমনা হোযে হোযে লাক্লিবনিবু কনানো? করিগী ওইরিগদগে ঈপু চেংলো শকথঙ্রা?

খোংলেন— (মোংই, খঙলহুনা—) ঈনিংথৌ ইবুংঙো, নদাইরেম ইতাও পুরেম্বগী চায়-খুৎপাই চেৎচবা পাথৌ শলাংনিংথৌ ওইগ-দবাল্লেনে ঈনিংথৌ। (শলাং নিংথৌনা মপান্দগী লাউরকই— "লাইবক কবা খোংলেনবা, মোইবাং চাউবা নোংথোম্বা! নবু-তানিদি খুমন ঈচা নোংয়াইগা হুভি হুংবুম খুদিংগী চাযিরৈ, চেক্লাওুম

চিন্নিব্রবা কংইদো, কদাই পারি ঈচা য়াওম্বিবরবে পাখৌ ? চেংলৌ শকউনগেনে, চিঙ্গোই পাউমেরগেনে শলাং ঐপা" শলাং চংলক্লে; থোংলেন হয়াওনা গক্কু.না কোয়ে, নিংথৌ উরদুন্না—)

শলাং— মপু ঈবুংঙো খুদুপপ্না ভেকইহবা ! নমাই শলাংনা ওাংলৌ খুরাখাদা লু কৈদা লুক পুনেমজরি কৈকোই মপু। (নিংথৌ খুরুম্মী, থোংলেন্না খম্বদা শলাং খুরুম্মু হাঈনা খুরম তৌদুনা ভাকই)

থোংলেন— নোংয়াই নচানা পুনেমজগ্নি পাখৌ ! (খম্বা লাওক খুরুম্মী। )

শলাং— কদাই নোংয়াই ! ঈচা পমগে খজাই লেংঙন চুপকে হাঈববু পারি, ঈপাদি খাদৈ 'য়াকপা থকপনী য়াংলি 'থুন্না চাক-নীদো 'হুনা হজোইবরনে খম্বা ? (খম্বা হৌগৎলি তপ্না চংই)

খম্বা— ঈপা ঈবুংঙো পম্মৌ অপোকপা অহুন্না করি ভাকপী-বগে লাইবক থীবা নচানা অওাং নবা ওইঙৈদবী পম্মৌনা ভদা চাকপুম খাঈ লেমলৈ ওাভোং শেঙ্গু.না চিঙ্গোই চাকইনবীন্না চাউজরকপনী, নপারি লাইবক চাউবদি পম্মৌনা অনিবক হয়া পোকপীররনীনে। ( শলাংবু চেজেৎ কোনশিল্লি )

শলাং— লাউ পারি, ঈপানা লাইবক খেন্দৈ চুপকে। (শলাংনা খম্বী মাইথোং খুৎ অন্নিমা হুংশিনা পাঈদুনা মযাঈবক্তা হয়া হয়া , মগুৎ য়েৎবা খম্বী মকোক্তা নানবীরগা—) ওসি কোক্নৌ মুন্নিন্না খয়া, চিঙ্গু মত্তীক মযাঈদা কেপ্পমক শাবয়াববা খাসজজবা পীরীব্রা ওইসন্নকো। (মগুৎ ওইনা খম্বা কোয়পা য়েৎ থাজকুনা)

ঈচল-প্যাখৌ অনিমক থমহুং লাইরৈপাক্কী লৈচিন শাদোং ওই-রকলো নচাগী মহেং প্যাংলো লাউপবা !

খোংলেন— পাখৌ শলাং ! ওকয়ে, নপাম্বি ঈচা নোংয়াইগীদমক চিঙ্ থাগোম্মরকলো; লাইনিং পরৈ চেৎলু।

শলাং— করে পাখৌ, পাম্বি নোংয়াই ! শাগ্রেম্মরুম্ লানগ্রেম্-গম্, চিঙ্ মতীক লৈবা থয়ুব ময়াই চেনবা খোইরেম্তাক ইবাং-ঙোক্কী পাম্বনী, নোংয়াই অচম্বনী থম্লুহকো। (মথুত্তা হুরম য়াহ-রম-বা শোল্লগা থবগী মকোক্তা মাম্ববীরম্লগা নিংথৌ থুরম্লগা—) ঈপা চৎলেকো। (থম্বা থুরমহৌই, শলাং চৎখি, মাইকৈ অমদগী থগ্রাকপা, নোংবান, শোয়া অমম্থুং চাউবা চঙলকই, মথোঙ্গী থুদং নিংথৌ থুরম্মী।)

নিংথৌ— ঈপু নোংথোন !

চাউবা— ঈনিংথৌ।

নিংথৌ— লাল্লোই তানবা ঈপুনা পাম্বা লৈরি তাকপীরি, পম-গাক পাউ চেম্মোকহনবীরো, শাথৌবসিনে ঈপু নোংথোন।

চাউবা— কগনী ঈনিংথৌ। (তাদোম্বা কি অঙোবা অমা কিরগা থাজত্ত্না—) লৈপাক 'পুম্বা তাবীরো, ঈনিংথৌগী য়াথংনী—শাথৌরো, শাগী শাওং য়েংলসি পাম্বা মচু থঙলসি। (মতম অসিদা মপালগী মীয়াম্না "কেগে লৈপাক লৈমাবা, মোইরাং 'খোইগী ঈনিংথৌ, পাম্বনা নাখোম্বা ইকেয়ো চেপপ চোংবা লৈবাক ঐথোই উজরে; থম্বা নোংবান অঙাং অমি পমুংলা থাজিনবীরো,

হাইর শাকাহনবীরো" অত্তোপ্পা অমনা— "খোঈজে পয়ুংদা শা লৈরে, য়োইমরাই অঙান পাম্বোইবনা কোরৌ মবাক চমত্রিঙৈ পাম্বা চলহনবীরো, পাম্বা চলহনবীরো।" মরাম ঈরাঙ নেমথরে।)

নিংথৌ— লায়োই তানব', নোংথোম্বা ঈপু অনি, খম্বা নোংবান অনি থাজিন্নসি হাঈবব্?

খোংলেন+চাউবা— ননাই ঐখোঈনা পামজববক থোকলে ঈনিংথৌ।

নিংথৌ— ইদাইরেমশা! তম্বুম নোংবান, নঙোন্দা হান্না হাঈ-গেকো— ঙসি পাম্বা চনবসে নখোঈ অনি কাঈনগনু, পাম্বা নঙগা থেংনরে নতাঙ খম্বনা পাংশনু, মতাঙনা থেংনরে তম্বুম নঙনা পাংউ হাঈবব্ করি হাঈবগে?

নোংবান— ঈনিংথৌ, ঙসিগীসিদি তাকপীগনী, মা-মাগী পাজম চাংয়েংনববা চুমগত্রা, অনি য়েংশিন্নহনা পাম্বসি কারবদি— নমাই ঐদি পামজদে। (খত্রাকপা মচাগী বা তারগা হরাওহনা নোকই।)

নিংথৌ— কোঙয়াম্বা! লৈবাকী অক-হুংঙাইনা য়াঙওইনা, অয়-য়োমদনা ইদাইরেম মখোঈগী নতুকাওবা তেকহন্নিংদে অহুতপী হাঈ-বনী, শাগ্রেম লানগ্রেন্নগনু, মোইরাং নোংবান চায়োক-মাউয়োক ফ-না হৌরকপা মীপানি কন্নি-থৌই হাঈবদি চুম্মী। তম্বুম খম্বা!

খম্বা— লৈকোঈ যপু!

নিংথৌ— পাম্বা নঙনা থেংনবদা মতাঙনা পাংবা, নতাঙনা থেংনবদা নঙনা পাংবা, শাদি হান্না থেংনবহুগী ওইগদবনী; করি হাঈবগে নোংয়াই?

খম্বা— নয়াথং চরৈ কিগাও শাজরি, ঈনিংথৌ! ওলিঙী পাম্বস্রিদা ননাই থেংনরবা কুবিযু— ননাই তাবাংজগে, লেপ্পনক ঈতাওনা পাম্বা খাম্বা ওইসনু। পাম্বসি কারগা লাইর ইগাইজ্ঞাবগী মল্লা ঈরেম্মা কৌথংনীজুনা কোম্বুংদা মুহোংলগা অংগোম মনাবম্বাইদা লেপ্প য়োবা ওইরসনু। (নোংবান মোমোন নোকই, থোইবানা মমাই-মমিং তৈগোথোকপী, মুবনা থানা য়েংই।)

নিংথৌ— মুংশিদা ইদাইরেম, নবাহৈ তারগা খাম্বী মৈগুম শাংবা নিংথৌ ঐগী পাঈমা শীবুকমুং উনগুম ঈংইদা খম্বা। হৌগংজো তমুম অমি, নওগী নওগী হাকথং তা তিমেন নখুংগু পাঈরো, লৈপাকী থৌদা পাওথোকলুরো হাঈ হাঈ হুইরোই লম্বোংশা, খম্বা নোংবান অনিবু পম্মুংদা পুশিল্লু, নিওথীনা শামি লাম্মি য়েংজুনা লমজিংউ। (নোংবান হৌগংলি নিংথৌ খুরুম্নগা মপা খজ্রাকপা খুরুম্মী।)

খজ্রাকপা— পারি, শাকাজো লানওমজরকউকো কোওরাম্বা। (নোংবান থোকখি, থোইবানা তা পাঈজুনা ইনখি। খম্বা হৌগংলি নিংথৌ খুরুম্মী, মৈশাক খুরুম্মী, চাউবনা মুংশিনা নানবী, থোংলেন খুরুম্মী, হৌগংঙি থোংলেম্না খম্বগী মাইথোং মখুং অনিনা মুংশিনা পাঈজনা মুন্না য়েংই, মিত্ত পি শিষ্টে, মখুং য়েংনা মকোক্তা নানবী)

থোংলেন— পারি খম্বা! (মখুংনা চংজো হাঈজুনা খুদম তৌই)

খম্বা— পথৌ অপোকপা! (খম্বা চংখি, মুবনা তা পাঈজুনা ইনখি)

কম্বাক মমথে।

# ৩-শুবা উৎপা

মফম— লম্বী (কুবালাগী লৌকোক)　　　মতম— তুংখিল।

মী— থমমু, থোইবী, শেন্দু, কুবালাগী হন্নুবা, কৈরোইজাহ্ন।

(মতম অসিদা শাবাও লাল্লাউথোন "হৌ-হৌ, য়া-য়া, পুং-শেনগী মথোল্লা পুমনিন নিল্লি, মরক-মরক্তা শানা লোকচুংদা থেক-লাউবগী মথোনসু তাই; মতম অসিদা থমমু মথবাগী বানা থোরকই।)

থমমু— ঈচেমগী ঈবুংঙো ইছু নিংথৌ, বাঈদকো লাইরবা মতগী-দমক্তা ঈচেমমা। তুপীক্তা ওইনা পোকপনা মতেং পাংশি পাং-তমদে। হা ঈমা, পল্লৌ অপোকপা! কোরৌ লোংমেদোনথক্তগী লৈচীন পোম্বাই হাং নপাম্বিগী কুমৈ উক্রিবনে ঈমা। (কল্পী, চুহাক বাখল তৌই, থোইবী শেন্দু থোরক্লকা থমমুগী মতৌ য়েং-হুমা লৈ, থমমু অনৌবা বাখল অমা লাকয়ে—) কপ্পলোই কম্বিগী কপ্পুরি, ঐবু পোকপা পম্বৌমা পাম্বা মতা হিংনা নঙহুমা কাপি, মচুঙ্বা ঈপাক্লা গ্রনম্বা কৌদিনা পাম্বা অমা কাবনু কন্নি চিংনমিং-ঙাই লৈ। ইছু নিংথৌ, পোকপবগী লাক্রবক্তা মঙমিদে; কৈ-পাক নিংথৌগী— পাম্বা মাদু কারগা নতু চুবুম অমা তেক্তনা ঈচেমগী কাক্তা হন্নকথোক্কো লাইরবা।

থোইবী— ইমার শকপী খীনম্মা। (বপী চৈথেক্লরা—)

থমন্থু— ঈবেম্মা।

খোইবী— নহ্থু নিংথৌবু পমু্ং চঙলমাল্লেনে ঈনম্মা।

থমন্থু— ঈবেম্মা চঙলমাল্লে।

খোইবী— তারিত্রা অচানবী?

শেন্থু— তাকপীসি ঈবেম্মা।

খোইবী— পুমেন-পাওমেল্লসি লাও। (থম চংলি।)

শেন্থু— করিনিনা ঈবেম্মা?

খোইবী— তাওনে অচানবী। খুমন নবুংঙোতোনগা খোইবী হাঈবী ঐসিগা পলেম-পম্বৌ ওমসি তেমশিংনবদা থমংথোংগী লোঙাক লাইজগা ঈরোইনা শমরিক মচুম থক শরি নমু: শোল্লখি। অহুবু— লাইর মগাইকাদা বাইথুংজ খুমন মাগী ময়েক্তা তিনজগে মঙালক্তা শাৎচগে থজরকপা— লৈ-লাংবদগী হোৎনা কাও ফাবফাওবা থৌদোক কয়ানী; মহুদহু বাইথুংজবা কংদরে। মসিদা মাজ মানা ঈগুংলাংগী বাথিবদি, উকাঈ কালেন কাপৈ, তোর্বুং শাদানবদা, অহুতমু নম্ভে খোরি কৈথেন্দা শামুথোঙদা য়েংখিবা য়াইবী মাঙকবা লাংকম কয়া থোকখিবা খোইবী ঈহাকথকীনী। খুমন মকাদা লানবগী ঐবু পোকপা ঈপাবু কৈতমশংদা থমলে, মহাগী শাউবনা ঐবু কবো লোইদা থারে। থমুম মাগী লোংদমদে শেম্বী লোইদগী লাকচরে, মাজ মাগী মকাদা বাইথুংলগত্রা নিঙববু লিংজেল থাবা ঈপাগা পুক কত্তবা নোংবানগা লৌহুমহুনা খোইবী ঐগী লোঈমংশীংথোঙ ওইরেলো। লৈথাক বারেন্দা তাইবং মীনা

ভমদরে, হৌজিক্তি থমুম মথুবাক্তা লোইনা লৈরে। ভসি কৌরা নুমিত্তা পাম্বা মথুবাক্তা থংলেন য়াইবী মাঙবা থোক্লবদি, অচামবী। থুমন ময়ুমাক্তে চৎলে ভম্পাক য়ুমদা চঙলুহ, ঐগুম নিঙবা' থুং-লোই। ঐদি নিঙোন ঈখুংস্থ খাঙলেয়া ইদোম ইমু কীরাক খাঈজগ্লগদবনী। (চঙশিন্দুনা—)

থমহু— হাখিগনু ঈবেম্ম', পাম্বা কৈবাঙি তারগা', শিরে নুরা নদোম চৎকদবা নত্তে, থমহু কৌবী ঐহাকস্থ নিঙোন হৈনা ভুং-ইনগনী ভপথথো।

শেহু— চিঙ, মাগী খোজাগ্নি, অহুম্না করি থমবগে ঈবেম্মা। (মী লাকপা ঙ্ঘরহুনা) অহল অমা লাক্লিবসি খোইরেত্তাকলোমদগী মাগ্নি কৈবাঙি হংসিদো ঈবেম্মা?

খোইবী— ঈনম্মা হংসিরা?

থমহু— হংসি মজা ঈবেম্মা। ( ফুবালাগী হমুবা হোবে-হোবে চঙলকই।)

খোইবী— হা ঈপু! (তাদে) ও ঈপু! (তাদে-চঙশিল্লগা) ও ঈপু!

হমুবা— কনানোহাই, শাগী লানগী মতমদা করি তৌরি? অসিনসিনে মোইরাংসে লৈপাক বাখোক ওই-কুমথি কুমগাংসিবা। কনা কনাগী মচানোমহৈ?

খোইবী— ও ঈপু শাঙবীখিনো, লাইর মচা ওইবনা শংলো মখেন ওইববা পেরক পেদাগী খিজরমলে। কৈবু কনানা কানবগে?

হন্থবা— উম— চাউরে কৈত্রো।

খোইবী— অহুন্ন কনাবা কাববগে?

হন্থবা— কৈনা শোকল্লিবহুবো— ঐগী ঈচনগী মচাশিনে।

খোইবী— কনানা কাবগে হাঈব্রনে?

হন্থবা— মমিংবো— অচাঈমান কৌরে, মখোঈগুম্বা লৈশাবীনিনে হুত্তো। (শাঃউরপ তৌনা—)

শেহু— ও! কৈ কনানা কাবগে হাঈবনে।

হন্থবা— চাউরেদা ঈগুসা, অমা কৈন: শোকহৌরে, অমনা অমুক কাহৌবে। (হন্থবা নোমজেন্ন চেন্দুনা চংলি। খোইবী ভানবৈ, থমন্না কাগে তৌই।)

খোইবী— ইনিংলোন, পাউদমসি হ্যংতাইত্রে থাগোকপীয়ু।

থমহু— কয়িগীনো ঈবেম্মা?

খোইবী— অহনসি থাদনুগে। (খোইবী থুনা চংখিহনা হন্থবগী লুশমদা তাপ পাই, হন্থবা থওপ্রেক থওহনা তুগে তৌই।)

হন্থবা— শোনোগী মচা কনানোনহে? (লাউনা—)

খোইবী— ঐনে ঈপু।

হন্থবা— ঐ হাঈবদি?

খোইবী— ঐনে-ঐ, কৈ কনানা কাবগে?

হন্থবা— ও, নওদি কৈদৌনগগে?

খোইবী— থওমিংহনা হংখনে ঈপু।

হন্থবা— থুমন ঈবুংগো নোংয়াই শিজ মতৈনা কারেপনা কৈদো,

লোংবাদি পান্না কৈথা থাবে হিংগনী নিঙনন্নে, কোতয়াবা লোক-হৌজেহাগী অতো।

খম্বু— লোইবরমা ঈপু!

হন্জুবা— শোগীবে কাম্ববনিবে কারবা। (খম্বু ময়াঙঙৈ, থোইবী ইয়ক্কি লৌথোক্লা— )

থোইবী— ঈপু, মতম চৈবে নমথাংলে লৌজলোকো। (ইনশিনবী)

হন্জুবা— করিগীনোনহে!

থোইবী— কৈবাক্তি পুরকপগীনে। ঈপু য়েংলোই, ঈপুদি ঐবু খঙব্রা?

হন্জুবা— অতো নঙবুদি কনানা খঙউনি।

থোইবী— খোইবী হাঙৈবী শকথীবীদো ঐনে। ঈপু মনিং কাজ্রো?

হন্জুবা— হীঃ মনাই ঈপুদি খঙউরেনা, বাবোগম্বুকো ঈবেম্মা। (থুকম্মী!) অহল ওইরে হাঙৈছুনা ঈথো কোকগীবে, ঈপু লোইশং কাবে অদুনা খঙজদবনী।

থোইবী— শাউদে ঈপু শাউদে।

হন্জুবা— ঈপুদি তোয়রবনী, লুংতাই য়াইবী মরাং কাগী থুরেন নাক য়াইথুংবা চিংঙ্ থাংজিংনা কুবীয়মম্বু; মনাই ইপু য়োংরগেকো।

থোইবী— লাউ শেম্বু, তবেং শেকা পুমকউ (শেম্বুনা শেন পী, অতোপা কি অমা পুথোক্লা থোইবীদা ইনশিনবী, থোইবীনা হম্বদা—) ঈপু! সিনা চানিঙবা লৈছুনা চাও, শেংনিঙবা লৈছুনা শেংনুকো।

হনুবা— মজা ঈবেম্মা মজা ঈবেম্ম। চানবীয়েদকো। (থোইবীনা থেরে পী।)

থোইবী— চংলো চংলো ঈপু।

হনুবা— মজা ঈবেম্মা! (হন্নাওনা খুকমগা, লোমজেন চেন্দুনা চংলি।)

থোইবী— ঈনম্মা! অহনসিগী পাউসিবু অচুম্বক ওইরিগদ্রা খঙ্ঙেরকো?

খম্বা— খঙদ্রে ঈবেম্মা, ঈথৌ থাংজিংবী থৌজাল মঙাইবে। (লেকম অরিবা ওসাইবকী হোনা মুন্না তাবগা, খঙলবা কৈরোইবাম্বনা লঙনবা ওইনা অয়াম্বনদগী ঈশৈ শকলকই—)

ময়াম্না ওন্না লেংহুবা তাঈ

হা লৈরাংও কবুবী;
কেপ্পে চেংপৈগ পাংলমগা ইমাগ উবুংতো পুরেবে
পুখি লাইজ ইপানথক ঈংনা লৈবাং শাফুচবী,
নহু নিংথৌ য়োকপদা লৈবাং চাইরেংনববী।
ওনি নহু নিংথৌদো কংলা হায়েন শাকাংগে,
অবার্থদো কংডনী লৈবাংও খুগাইবা পীজরো।

থোইবী— ঈনম্মা! নহু নিংথৌনা কংলা হায়েন শাক্লাগে হায়রিম্বি তাদা লেপ্পুবা নবনে? (লোনি [illegible] মমলা, [illegible]

থবল্ল— খওজনেদা ঈবেম্মা।

ঈশৈ—

হা শীওেনও কজবী !

অঙোম চৌংদা তোংবা খোই লৈরাং পাম্বা ঐসিরা
লৈরাং মত্তু ফুক্ত না পম্বোগী ইংখোল চাইগোইহুংদা
থাজগেদি নিংওকপা লোইদাম কুমতা য়াম্নেদা ঈবেম্মা।
ওসিগী ঈহুংদি তৈবগা কেগে উর্নগুম ঈওলবী
মোইরাং থাখোক লোইরে শীওেনম্বু লৈশাং তমজরো।

খোইবী— "কেগে উনগুম ঈংলবী মোইরাং থাখোক লোইরে" ঈনম্মা! তাদ্রা শেলুংখবী হাঈবী। (খম্বু মৌকনি লোক্রমি তোহুনা ইকাইনা লৈ।)

ঈশৈ—

হা ঈবেম্মা নুংশিবী

চিংখু থাজোন লৈকোন্দা তোমখিব শাংগী লৈরাংগু
ঈহুইতৈনা তানবগা থুমম লৈকোন্দা শাংলনী;
শেম্মোনবন নোংরাই খম্বু তাইবং পিশো লাংলোই।
শীঙ্গা উরেন মংলবা চান উনর্থন হৈওবী
থাকচৌংগী লৈহাউ লৈরেনওবী নওবু অচৌন শাগৈদা
শাংলগলোবা কোরৌ শাঙ্গুব কয়াথা থাংলিবগে
শর্বু থম্বুব লৌরদবা!

থোইবী— ঈনম্মা ! তাদসে ওসিদি থরাই দুংঙাইনা উই, কুমৈ ভৌসি লোংঙ্গুদো ?

খম্বা— করি কাম্বগবনো ইকাইকৈদা ঈবেম্মা।

থোইবী— কৈদোগে ঈনম্মা, লোংঙ্গু হাঈবসী।

খম্বা— করি হানো ঈবেম্মা, ঈকোক ফোকপসিদা কদাইদা লোংঙ্গুগদগে ? -

থোইবী— সে, য়োরকলে লোত্ত লোংঙীয়ু, সিদা উপ্রাঙ্কা হীঙীয়ু ঐবা থোকপা ভৌভগে। (থোইবীনা চিংশিন্দুনা মচি অমদা উপ্রাঙ্কা হীপহন্নে, খম্বা হাঈভম ভৌঙমদনা য়ারে) অচানবী! লাভ্রান্থ পুরকউ। সে ঈনম্মসে কুপশিল্লু। (মপুংমনাই চংহুনা খম্বা কুপশিল্লি, কৈরোইজাম্বা শগোন শাজৈ পাঈহুনা চংলকই) ও তাদা শেল্লুংবা, কৈবু কনানা কাববগে ? (কোইরেং য়েংলগা—)

কৈরোইজাম্বা— ঈবেম্মু মহু লাইরি।

থোইবী— তাদ শেল্লুংবা, করিনিন: লুরিবদি ?

কৈরোইজাম্বা— হৌজিক্কা অসিবাইদা ঐবু কোক অহুম উথিদা।

থোইবী— হাইবা, ঐখোঈ অরিদনিবে তাদা শেল্লুংবা। অস্তদা চুন্নী, তাদ শেল্লুংবা, ঐখোঈ লৈশাবীসে অমাপ্রৈ উবদি কোক লোঙবা উবরে।

কৈরোইজাম্বা— অহুদা ঈবেম্মা, কোক লোঙবা উরবহু অনিশীদি মরি লোকই, ঐরা উথিবদি থাংগৈ শেংবা অহুমনী। শেহু আদৈশিদি করিনো ?

শেম্বু— চুম্না কি থম্বনে তাদা শেন্দুংবা।
কৈরোইজাম্বা— কিসি শাংনা থম্বিদা।
খোইবী— ঐনা হুমখিবদা শাংনা তাখিবনে।
কৈরোইজাম্বা— মসিবু চিংনখ্রেদা। (থমম্নু খজিক্কং লেঙই—)
ঈবেম্মা কিসি লেঙইনা?
খোইবী— লেঙজসম্নু করিনো, তাদা হুংশিংনা ওইরিনিয়ে।
কৈরোইজাম্বা— ঈবেম্মা হাংদোকেদো অহুদি?
খোইবী— অমাংবা কিনে তাদা।
কৈরোইজাম্বা— করিদগী মাংইবা?
খোইবী— য়োং শেম্বু লবাই খুম্ন খোঙজোম্বীসে ওখোক্লা মনিং ওঞ্জখিরে, লম্বী ময়াদে কত্ত-হাওদি নেংলুহুনা।
কৈরোইজাম্বা— অহুগীদমক্তি ঐস্নু কৈ অশিবা পাঈরুহুনা মাং-লক্লবনী করিম্নু কাঈদে। (চঙহুনা হাংদোক্কে তৌই, কং চঙশিন্দুনা)
খোইবী— শেং-কাক্ত্না খিরিসিবু ঈনম্মনি কৈদৌসিগেদো, সে ঈনম্মা হৌগংলো য়ৈগে হাঈরিবরা করিনো। (খোইবীনা কি শং হাইগংলি, থমম্নু নোকমি নোকমি তৌহুনা ঈকাইনা হৌগংলি, খোইবী-শেম্ব থমম্নু কৈরোইজাম্বা অনিগী মতৌ নোক্ত্না য়েংই।)
কৈরোইজাম্বা— মাঙকত্রবা পোংপু লোং-লাক্ত্না তৌরিসিবু?
থমম্নু— লোংপা নংচদে, কোক তাওহুনা চুম্না হীপ্পনে।
(কৈরোইজাম্বনা থমম্নুগী মথুং পাই, থমম্নু ঈকাইনা য়েংথংলি, মিং মরি য়েংনৈ ঈকাইনা নোকনৈ, খোইবী থমম্নুম্ন মখোইগী মতৌ উবদা নোকই, মিং নিপান থেংনৈ, চপ মান্নরা নোকই।)

কম্বাক মমথে।

অরোইবা মাঈথল থাখথে।